শরৎ চন্দ্রের

# নিষ্কৃতি



ছন্দোরচনা

রঘুমণি শর্ম্মা

শরৎ চন্দ্রগী

# নিষ্কৃতি

হন্দোকচবা

রঘুমণি শর্ম্মা

ফোংজবী :—এল, সন্ধ্যারাণী দেবী।
ব্রহ্মপুর, মহাবম।

অহানবা খুৎলম—১৯৯১ ইং।

কোপী মশীং—১০০০

মমল—লুপা ৩০/-

ফংফম ঃ দেবলা বুক ষ্টোর
মসজিদ রোড, ইম্ফাল।

---

মক্ষম—দেবলা প্রেস, পাওনা বাজার, ইম্ফাল।



# ৱাহৈ অনিদং

ৱাখেং ইথদা থোইদোক্লা হৈ-শিংলবা সাহিত্যকার শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী ভারতকী লোন অয়াম্বদা অনুবাদ তৌরবা, লোন কয়াদা ফিলম পুথোকখ্রবা "মিক্তি" (মুক্তি) হায়বা উপন্যাসনি। লাইরিক অসি সাহিত্যকারগী নিংথিরবা খুৎহৈমা কুপশিন্না ইরি মচুদি, পোকমিন্নবা মচিল-মনাও অমগা মথুড়ানা পোকপা মনাও অতোম্বগা পুন্না চামিন্নহুনা পোকচিন্নদে হায়বা থওদখমথৈ চান-চিন্না লৈরম্বদগী মপুকচেল শেংদবী মো-য়াইমনা চিয়োল মথোঙ পানবদগী মনাও অতোম্বা মাগী পরিবারগা লোয়নবা ফিদম্লিংঙাই ওইরবা য়ুমচু কায়হনা খুলংদা চৎপা তাখি। অদুম ওইনমক মপুকচেল চাউরবা ময়াম্বা অহলগী অরাংবা আদর্শনা পুমতং ভংলখ্রগদবা মচিল-মনাও নুংশিনববু থংঙমদ্রবা করম্বা লৌশিংগী থৌরীমা পুনশিন্দুনা মনাও-অতোম্ববু থমখিবগে হায়রবা অচু তাকপগা লোয়নবা সাহিত্যকারনা মো অচুমগী তোংঙান তোংঙানবা লমচৎ-শাজৎ কুপ্না য়েক্লুনা ভারত-সমাজগী ইমুং-মনুংগী ওইবা শক্তম অমা ভরতবাসীশিংদা লাংহোকশিন্নম্লি।

অসিগুম্বা শক্ত ইরবা অইবা অমগী থাক বাংলবা লাইরিক অসিবু ঐগুম্বা করিস্থু হঙদবা অপঙবনা অনুবাদ তৌবা হোৎন-জবদি অঙাং মচানা মৈ কৌদবগুম্বনি। অচুগী মথক্তা অতোপ্পা লোন অমদগী অতোপ্পা লোন অমদা হন্দোকপা হায়বসিমক

থোইদোক্লা অশোয়-অঙাম থোক্লোই হায়না নিংঙাই লৈতে। অহুম ওইনমক লাইরিক অসিদা পীরিবা মমল লাইদ্রবা মহাওহ্ন পমজ-রুবনা মণিপুরীদা হন্দোক্লুমা পাবিরিবশিংগী মিংয়েং-মাংদা চাংশ্লাকহনরবনি।

মরুপ-মপাং কয়ানা তাকপিরকপগী মতুং ইন্না লাইরিক অসিদা শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী শম্লপ্পা পূন্সি রাম্নী হাপচিনরে।

লাইরিক অসি নম্বা মতমদা মৎং কয়াদা তেংবাংবিখিবা, ঐগী চান্নবা মরুপ ওইনা লে মনরিবা মুংশিজরবা ইমাও-ইবুংতো শ্রীকয়ামন্দিম পুখ্রীময়ুমগী মফমদা তোবিমল থঙবা উচ্চরি।

অনুবাদক—



# শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী শয়েংপা

## পূন্সি ৱারী

শরৎ চন্দ্র হুগলী জিলাগী দেবানন্দপুর খুঙ্গংদা সেপ্টেম্বরগী ১৫, ১৮৭৬ ইংদা য়াম্না লাইরবা ইমুং অমদা পোকখি। মপাবুং মতিলাল অহুগা মমা ভুবনমোহিনীগী অনিশুবা মচানুপা, মচানুপাদনা মহাক্না অহনবনি।

শোক ১৮৯২দা মহাক হুগলী ব্রাঞ্চ স্কুলদা 'ফাস্ট' ক্লাসতা (ক্লাস টেন্দা) তম্মী। অদুবু ইনুংগী শেল-থুমগী ফিভম ফংলক্তবদগী মহাক চহি অমা লাইরিক তম্বা তোকপা তাখি। মতম অদুদগীনি মহাক্না সাহিত্যদা খোংগদাংবা হৌখিবা। মতমদুদা মহাক্না কাশীনাথ, ব্রহ্মদৈত্য, কাকবাসা হায়বা ৱারী অহুম অসি ইরম্মী।

মথংগী চহিদা নৈত-লাইরগী চৈথেং থাংগৎনদনা মতিলাল ইমুং হুপ্না নুপী-মপাম ভাগলপুরদা শাইদাংলখি। সাহিত্যগী ওঝা পাঁচকড়ি বন্দোপাধ্যায়না শিনখিদুনা শরৎ চন্দ্রবু তেজনারায়ণ জুবিলী কলেজিয়েট স্কুলদা (হৌজিকী মিং—তেজনারায়ণ বনালী কলেজিয়েট স্কুল) 'ফাস্ট' ক্লাসতা মশিং চনহনখি।

শরৎ চন্দ্র শোক ১৮৯৪ দা এন্ট্রান্স পরীক্ষাদা সেকেণ্ড ডিভিজন্দা পাশ তৌই। তেজনারায়ণ জুবিলী কলেজদা এফ, এ, ক্লাসতা মখিং চল্লি। মথং চহিগী মবেন্দ্র থাদা মাগী মমা ভূবনমোহিনী নোংজাখি।

ইমুংগী শেল-থুমগী ফিজম কা-হেন্না ফংদ্রিক্রবদগী শোক ১৮৯৬ তা মহাক কলেজ থাদোকখি। মামাগী য়ুম থাদোক্লুনা মহাক মপাগা লোয়নমা খঞ্জরপুর খুঙ্গংদা লৈরখি। মতমমতুদা মীগী শেন্দোলগী দমক ময়ুম-ইস্কোল য়াম্না হেংনা য়োন্থোকখি।

মহাক্না শোক ১৮৯৮ দা 'অভিমান' কৌবা উপন্যাস ইরম্মী। মথংগী চহিদা বোঝা, অনুপমার প্রেম অসিনচিংবা ৱারীশিং অমসুং পাষাণ কৌবা উপন্যাস ইরম্মী।

শোক ১৯০০ দা মহাক বিহারগী গোড্ডায়দা রাজ বমালী এস্টেটতা থবক তৌই। চহি অদুদা মহাক্না বড়দিদি, চন্দ্রনাথ, দেবদাস অসিনচিংবা ইখি।

শোক ১৯০২ দা মহাক্কী মপা মতিলাল নোংজাখি। মথংগী চহিদা মহাক লাইবক চাংয়েংনা বর্মাদা চৎপা তখি। থবক ফংনবগী অরাবা থা অনি-অহুম থংলবা তুংদা মহাক বর্মাগী রেলবেগী একাউন্ট সেক্সন্দা থবক ফংখি। অদুবু শোক ১৯০৫ দা থবক অদু থাদোকপা তাখি। চহি অদুমক্তদা মহাক পেগুদা P.W.D. দা গুপ্তগী লুপা ৫০ থক থাগী তলব ফংদুনা থবক তৌখি।

শোক ১৯০৮ দা প্লেগনা নাহুনা মহাক্কী নুপী শান্তি দেবী অমসুং চহি অমত্তা ওইরিবা মচানুপা শিখি।

শরৎ চন্দ্রনা শোক ১৯১০ দা কৃষ্ণদাস অধিকারিগী মচানুপী চহি তরামরিদা তাইরিবী বালাবিধবা ওইরবী মোক্ষদাগা লুহোংখি। শরৎ চন্দ্রনা মাগী মপাং হিরণ্ময়ী হায়না থোনখি। (হিরণ্ময়ী দেবী সেপ্টেম্বরগী তারিখ ১, ১৯৮০ ইংদা লোইরাখি)।

শোক ১৯২১ দা দেশবন্ধু চিত্তরঞ্জন দাশনা পুশিন্দুনা শরৎ চন্দ্র কংগ্রেস য়াউখি। অদুগা চহি অহুমকীদা মহাকপু হাওড়া জিলাগী কংগ্রেসকী সভাপতি ওনখি।

শোক ১৯২৩ দা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়না 'জগত্তারিণী স্বর্ণ পদক' পীদুনা শরৎ চন্দ্রবু ইকাই-খুম্নখি।

জানুয়ারীগী তারিখ ৪, ১৯২৭ ইংদা 'পথের দাবী'গী মথক্তা বৃটিশ সরকারনা Preaching of sedition দা মরাল শিদুনা Under section 124A of the Indian Penal Code জারিদুনা খিংজিনখি। অদুবু উপন্যাসকার অসিনা লোইরাবা মতুংদা খ্রীস্টাব্দ ১৯৩৯ গী মার্চ থাদা ফজলুল হকনা মন্ত্রি ওইবা মতমদা অথিংবদু লৌথোকখি (Gazette Notification of the Govt. of Bengal. dated, March 1, 1939)। অসুম্না অথিংবদু লৌথোকপ্রবা মতুংদা মেগী তারিখ ১৩, ১৯৩৯ ইংদা "পথের দাবী" ড্রামা ওইনা শান্নখি। অদুবু লাইহৌবদা মতেং পাংই হায়বা মরাল শিদুনা অমুক হন্না বৃটিশ সরকারনা Dramatic Perfomance Act পানশিন্দুনা মেগী তারিখ ৯, ১৯৪০ ইংদা অথিংবা অমুক থমখি।

জুলাইগী তারিখ ২৯, ১৯৩৬ ইংদা ঢাকা বিশ্ববিদ্যালয়না

শরৎ চন্দ্রদা ঐকাই-খুম্নিংঙাই মশক ওইরবা ডাক্টরেট অফ্ লিটরেচর ( ডি, লিট ) উপাধি পীখি।

শরৎ চন্দ্র জানুয়ারীগী তারিখ ১৬, ১৯৩৮ ইং মোংমাইজিং সুম্মিংকী অয়ুক পু, ১০গা মিনিট ১০ তাবা মতমদা অরোইবা শোয় হোনখি।

শরৎ চন্দ্র অঙাং, ওইরিবুংগী লাইরবা অত্তোন-অত্তাশিংগী চান্নবা মরূপ ওইরকই। লৈতা-লাইরশিংগী অনা-অযেক থোকপদা অথেং-অমমদা মাইবা-ডাক্তর কৌবা মহাক্না লালটেন অমা পায়রূনা চংলি হায়রূবা মত ম্না মহাকপু লালটেন পায়রবা বামে ম-মচা হ যনা খঙনরম্মি। অদুগা মহাক অত্তোন-অত্তাশিংগী কোল্লপু লৈহনা মপুন্সি চোখি।

মহাক লাইরেকপা অমখুং চৈশে শকপাম্মু মিংখিমা হৈ। অদুগা লিন ফাবা সাপুড়েশিংগী সাতৌগুম মহা চেনবা লিন ফাবা ঙম্মী। মশাবু থাংচবা নত্রপা মশাগী স্বার্থগীদমক মীঙোন্দা হায়নবা মতাক্না শুপ্প ম পামদে।

মহাক্কী মপাবুং মতিলালসু লাইখিক ইবা য ম্না পামজরম্মী। অদুবু লৈতা-লাইগী চৈথংনা মহাক্না ইরিবংঅমত্ত মপুংফানা ইথোকপদি ঙমখিদে। মপাগী ঙাইবশিংদু পারকবদগী পিক্লবা শরৎ চন্দ্রগী থম্মোয় সাহিত্যগী মাইকৈদা চিংশিনবা হৌখিবমি হায়না থাজনৈ। মহাক ভারত স্বাধিনতা ফংনবা হোৎনখিবা মীশক অমনি। কোনা রাজনীতি য়াউবদা নত্তনা মহাক ঐরাং হোৎবা কাংলুপকী মশক নাইবা বা তামবা মীশক অমসু ওইখি।

# নিষ্কৃতি

## অমা

ভবানীপুরগী চট্টোপাধ্যায়খোয়গী মচিল-মনাওশিং পুম্বা চাবা ইমুংনি। পোকমিন্নবা মচিল-মনাও অনিনা গিরীশ অমদি হরিশনি, অহল্গা মথুড়ানা পোকপা মনাওনা রমেশনি। মমাংচৈদা মখোয়গী মপু-মপুগী য়ুম্নম অমম্তং লৌ-শীং রূপনারায়ণ তুরেল মপানদা ছোট-বিষ্ণুপুর খুন্নংদা লৈরম্মী। মতম অহনা পিনৌণকী মপাবুং ভবানী চাটুয্যেগী কিতমন্ বরমী। অহবু খওহৌদনা মতম অমদা রূপনারায়ণগী ঈচেল অহৌকী মতিক পিকথখিহনা ভবানীগী লৌবুক-লমহাং, পুখ্রি-পোংবাল এক এক কংশিনকখি মহৎদি, চহি মচাগী মনুংদা চাওথাক্লা কঙ্গিনত্তা লেমহৌবে হায়বা য়াই। মমৈথংদা পুরোল ভরেংকী য়ুকমহৎ কাওবা য়োংশিন্নুনা ব্রাহ্মণ অহৎবু মপুংকাবা কঙ্গিনত্তা লৈহনরপা মশাগী মরমদম থাদোকহন্নুনা থাপ্লা তাদোকখি।

ভবানী ইমুং-মনুং হপ্লা চেনজ্নুনা ভবানীপুরদা চংলকম লৌরখি। মহৎ য়াম্না কুইরবা বাদি। মহৎগী মচুংদা গিরীশ

অমসুং হরিশ ম্যানিমক উকিল ওইখি, লৌ-শীং য়াম্না লেপ-শিনখি, য়ুম শাখি—ব্রা অমদা হায়রগদা হান্না থাংখিবা অহৌগী শরুক মরি হল্লিনখি।

হৈজিক ময়াম্বা অহল গিরীশকী চহিগী আয় চাউরাক্লা লুপা লিশিং কুমথরি-কুনথত্তাম্নি, হরিশগীসু লুপা লিশিং মত্ত-তরুক্নি, মপ্নগী তামশিন্নকপা ওমদবদি য়েশেংতনি। অদুম ওইনমক করিমত্তা ওমদবদি মত্তে। লোপা অনি-অহুমক হল্লা কেন ওইরে অমসুং ইকুই কুইদনা করিগো কারবার অমা তৌরুবদা ময়াম্বা অহলগী লুপা লিশিং অহুম-মরি মংহনগা চৌজিক্তি য়ুমদ ফমহনা খবর-কাগজকী মতেংনা লৈবক কনবদা মথৌ চিনগ্রে।

অদুবু, অমুক কুইরবগী তুদা ইযুং অসি হম্দক্তি কারগদবগী তৌরক্লে। মহাগী মরমদি, মৌ-য়াইবা অমসুং মৌ অতোপ্পা করিতপা মওংদসু তীরবা য়াত্রে।

হরিশ মহাক্নৈখে কলিকাতাদা লৈরমদে, শহর থাংমদা প্র্যাকটিস তৌরম্মী। মতম অমদা মরক মরক্তা জুরিং মঙ্গা-তরানিদং য়ুমদা লাকপগী অংতনবা মতমমহুদদি সুপী য়ম খোই-দৌক্লা পূকচেল-খোইজেল তীনত্রবসু খংবা-চৈ বা য়াবা অহুত্তবা তাঙ্গা অহক হাক্লা ফংদে। চাউরাক্লাবা অমরোম ফারে হরিশ হেড ওফিসতা হল্লকুমা থবক কাধা অমসুং য়ুমগী অঙৈংবা, সুতাইবসু চেনথিংদবগী তৌরকপা। অদুম ওইনমক হল্লক লাকপদগী হোৎনা মৌ মচিল-মমাও অনিহুগী কোংচি-থাংবা

শৈলজা মশামদগী হল্লকুমা লায়েংবগী মবিদা থোইদোক্লা চেক-শিনব' হৌরকই। য়াম্না মহা ওইরিবৈনগী তৌনা মহাক মতম চুম্নদা মহক মৌ অহলগী মমাক্তা লৈরকই, মতম অহুমা মহাক্তা নম-হুবা ঙবা লৈ।

সিদ্ধেশ্বরীনা মপুক্লিংদা মহামপু য়াম্না কীরম্মী। শৈলজা থোইদোক্লা শাউগনবী হুপীমি অমস্থুং অহুকী মতিক থম্মোয় কয়া চয়া হেনবা ঙম্মী মহুদি, অদুক্তংবু হৌরবদি কয়িত্তবা উপায় অমত্তমা মহাকপু ঈশিং ফাওবা য়োংহনবা ঙবা নত্তে—মসিমক্তি সিদ্ধেশ্বরীনা খ্বাইদগী হেম্না সুংশাথোকবগী মরমদি।

শৈলজাগী মদোমচাথোয়গী মুখ পটলভাঙ্গাদনি। হন্দক কৃষ্ণনগরদগ হল্লকপদগী মথোয়গা অদুক্তম উমঙবা ঙমত্রি। ঙসি একাদশীনি, মনেমোকী চ'ক থোং-থাক্তবা লৈতে— অহুমা নোংঙাবগা সিদ্ধেশ্বরীগী মচানুপা য়াইমা হরিচরণগী মথক্তা মথাদা হিদাক পীজনবগী থৌদাং মনশিন্নবগা মহাক পটলভাঙ্গাদা চংখি।

থিংথমথানি। পুং অমিরোম ফাহে নহ্যা ওইখিবা। তরাং অহুক্তগী সিদ্ধেশ্বরী লাইহৌ মপুংফানা হল্লক্লি। ঙসি মতম অসিমক্তদা কৈফুন চিংথংতুনা ফিকক থুমহুনা থবায় ফাউত্রবা হেকচাংগী মতৌত্তম য়ান্না পাক-চ'উরবা কয়ুংদা ঙুবক ত.শিন্না হিপতুনা লৈ অ-সু' কয়ুং 'অহুমকী মথক্তা অতাং হুপামচা-হুপীমচা অহন মন্নি চম্বাংনমা শামজি, মথাদা কানাইলাল

থাউবৈ মঙালদা ভূগোল চিনফা পুনবা হোৎমরি— হায়বদি লাইরিক কাক্তোক্লগা মঙৌ-ময়া কায়না চোং-কন্দুনা শান্নরিবহ্ য়েংলি। অলোম থংবা মাকলদা কমুংদা উপ্রা হিপতুনা হরিচরণ নুথুমদা থাউবৈ থান্দুনা মপুক্লিং চংনা লাইরিক ঔগাইরি। ওইরম্বা য়াই পাস তৌমবা শেম-শাবা, মরমদি অহুক হাক্লা লাং-খোংলিবহ্নদা কাওবা মহাক্কী পুক্লিং থজিকনু চোইথোক্কে। ঙসায়মখৈ লাউ-খোংহুনা শান্নরিবা অঙাংগী কাংবু ঙম্না য়ুম্বুরেল য়াইবা হরিশকী মচা ঙাক্লমি।

বিপিন্না থঙহৌদনা চংশিনক্লগা সিদ্ধেশ্বরীগী মাইথোং মরাদা নূকথহুনা হায়রকই, "ঙনি ঐ য়েং থংনা ফুবগী পাজিজি, মত্রনে ইমাহল ?"

অহুম্বু মমাহলনা থুম্নক্লিকৈঙগী মমাংদা মথাদগী কামাইলালনা হায়রকই, "নক্তে বিপিন, ইমাহলগী য়েংঙদি ঐ ফুমগদৌরিবমিনে।"

বিপিন্না য়ানিংদহুনা হায়রকই, "মঙদি ঙম্নাং ফুবদায়নে তাদো ?"

"ঙম্নাং তুবা ? করে, করে, ঙসি অহু ওইরবদি ওইরোমদা।"

অদি হায়রকপগা পটলগী কোক মচাহু কৈরুপ মমুংদগী পিংখংলক্লে, মহাক ঙসায়মখৈ তুম্মিন্না মমাহলদা নপশিন্দুনা ওইরোমদা হিপ্লিবমি। বেদখল তৌথিগঙ্রা থায়বগী চিংনকথনা অহুক চরাংলরিবহ্ কাওবা য়াউরুবা ঙম্নক্লিরমি। মহাক্লা য়াম্না খোঙেল পিক্লা হায়রকই, "ঐ ঙসায়দগী তুম্মিন্না হিপ্লিবসিজি

কামাইলালনা পোকমিন্নবগী অধিকারদা হাংলকই, "পটল, নম্বাবদা হলংবা মহৈ য়েংবনকনু হায়রিবনিনি। ইমাদা থাকথোক-চনি।"

উপায় লৈত্রবা পটলনা থোইদোক্না তৌফম থগলক্রুহনা হন্নক্তি মমাহনগী ওকশমদা চেক্সেং কোন্দুনা কপ্পিং কপ্পিং তৌমা হাংলকই, "ইম হল, ঐ কয়া কুইরবমোংদো হিপ্লবনে!"

কামাইলালনা মমাওন্থপাগী মথৌনা উবদা 'পটল' হায়রুনা থংলাউ লাউরগা থংলেপ লেপখ্রে।

মতম অসিমক্তদা য়ুমগী মপালগী মতোল মচি অমদগী 'শৈলজাগী খোঞ্জেল তারকই, "ইমাইপেম্মা! ইচেগী কাদা লুট চংলত্রা কঙ্গিনো।"

মহুগা লোয়ননা ফিজম পূমহোং ঙংংখ্রে। ফমুং অহুদা হংবিচরণনা তমবা লাইরিক্কু মেনন মথাদা শংইনশিনগা হন্দাক্ত ওইরম্বা য়াই তম্মদবা লাইরিক অমা ফাক্তোক্লগা শংত্রিক য়েংহনবা লৈবা— মমিং মৈ হৌবমথৈ মপুক্রিং চংই।

কামাইলালনা ওইথংবা য়েংথংবগী থাক্নহু থোইদোক্না লোইশিন্দনা লাউরকই, "পাক-শন্না শন্দোক্লিবা ঈপাক—' অহুগা খাইদগী উক্রিবদি অঙাংগা কাংবু অহুনি। চাক্কৌনগা মতৌগুম মথোয় কদায়দনো মিংকুপকী মচুংদা য়ায় মাংখ্রে খুদম পাঙবা লৈখিত্রে।

শৈলজা কলিকাতাদগী হৌজিক্তা হলক্লগা মচেহলগীদমক শঙ্গোম অশাবা পিনাদ অমা পুহনা কা মচুংদা চংলক্লুমা কেপ্লবে।

হৌজিক কানাইলালগী 'মহাসমুদ্রগী কনবা ঈরাউখোল' মতুমা কাহ্ পুমচিক চিকই।

অসোমদা হরিচরণ অমুক কম্না লাইরিক ঔরাইরি মচুদি, মহাক্কী মথক্তা শামুনা কাহুনা চংহিবদা থঙপদবা লৈত্রে। মরমদি মসিগী মমাংদা মহাক 'আনন্দ-মঠ' পারম্মী। মহুগী ভবানন্দ-জীবানন্দ মথাক্তোম্না ইশঙ থঙহৌদনা মূং ফাওরকপদা চুপ লুপখি। মহাক্না থনম্মী, মথুং-মণা চংখিবহ্ মহাক্না ভবনগত্রা অমসুং মহুমক তাদাংবা থঙ্ভ্রবা কাহ্বদি মাগী থম্মোয়দা ভিং ভিং চেংখিবহ্ নেমথখিগদবা লৈত্রে।

শৈলজামা কানাইলালদা য়েংহুনা হায়রকই, "হাই 'পাক-শন্না শন্দোক্লিবা ঈপাক' ভসায়মখৈ কৈদৌরম্লিবনো?"

কানাইলালনা নমাই মোনথংলক্লগা চয়া হেনবনা শোল্হয়রবগী খোল্হাংদা হায়রকই, "ঐ নত্তে ইমা, বিপিনগা পটলগনি।"

মরমদি মখোয়হুমক মতাক্কী ওইথংবা য়েংথংবা কেশকী মরু ওইবা য়েক্লবনি। মহাক্না চিংমবা লৈতনা মরাল লৈজদবা অনিহুমু মমা পোক্তবীগী মথুক্তা শিন্নখ্রে।

মহাক্কী রাঙাং অমসুং মিংয়েং-মায়েং উবদা শৈলজা মোক-খোয়রক্লে। লাপ্লিতৈভদগী মহাক্না মাদগী খোজেলনা হেন্না জাখি! হন্দক্কি মাচৈনদা হায়রকই, "হৈচে, চাবু চায়মগদৌরেদনা মহাকপু! খুং থানিংদ্রবসু অমুক্তং থমকা তৌবা কাওবা ভরদত্রা?" হাই অঙাংশা, নখোয় খোয়কও—ঐগা চংত্রগনি।"

সিদ্ধেশ্বরী ভসায়মখৈ তুম্খিন্না লৈরম্মী, হৌজিক খোজেল পিক্না হাইবেং বায়োবগী মওংদা হায়রকই, "ন:খোয় মপুক্লিং

হয়াও হয়াও শায়জনবনি, ঐবু চাগদৌরিবদি কয়িগীনো, অদুগা নঙগী মচুং ইন্দুনা চংকদৌরিবনা কয়িগীনো ? নত্তে, ঐগী ইমাংদা কমাবুন্নু মঙনা ফু-চৈবা য়ারোই। চংঙ্রো, নঙ মকমসিদগী— কৈদুপ মদুংদা অঙাংশিংসি ইপা হেক পাখংলবনি।"

শৈলজনা নোকখেং তৌদুনা হায়রকই, "ঐবু ওপ্পগী ফু-চৈবদা তৌরবে ইচে ?"

"কাহেন্না তৌরিবনি শৈলজা।"

পোকখিম্বী মনাওদুগীগুম সিদ্ধেশ্বরীনা মমিং পন্দুনা কৌই। হায়রকই, "মতম্ উবদা মখোয় মমাই-মমিং য়ুশিন য়ুশিনগ্রে— ফয়ে চংক্রো ইমাংদগী মহাক— মখোয়বু থ দোকপিরো।"

"ঐ মখোয় পুদুনা চংকদৌরিবনি। অসুম্না হুমিং চুম্না চৈরবদি নাবা কয়রোই। পটপনা খ্বাইদগী মংই, মাদনি মমাহলগী মমাক্তা তুবা য়াগনি, অতৈ লোইনমক ওসিদগী ঐগী নাক্তা তুমগদবনি।"

অসি হায়দুনা শৈলজানা জজ-সাহেবকী মতৌগুম য়ায় পীয়গা খচেহলদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "হৌজিক্তি হোগংলো— শ চাম থকপিরো—হোয়মহৈ হল্লি, পুং তরুক-মথাদা মখোয়গী ইমাদা হিদাক পীথকইদনা ?"

বাহং তাবদা হরিচরণগী মাইথোং কাহংখ্রে। মহাক মমাওশিংগা লোয়নদুনা ওসায়মখৈ উমং-বামংদা কোইচং চংলুই, লৈবাক কল্লুই, করিমু লৈতবা হিদাক-লাখেকী বা মাগী মপূক্কিংদা

মিংথা ফাওবা নিংশিংলমদে। মহাকী মচিন্দগী ৱাহৈ অমত্তা থোরক্তে।

অদুগু সিদ্ধেশ্বরীনা ৱাৱোবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "হিদাক-লাংথক ঐ অমুক থক-লাকপককা ঙম্নরোই শৈলজা।"

"নঙোন্দা হায়বা নত্তে ইচে, মহাক তুম্মিন্না লৈবিয়ু।" হায়রগা হরিচরণগী ফমুং ময়া য়াম্না মকশিন্না চংশিল্লকুগা হায়রকই, "নঙোন্দা হংবনি, হিদাক পীথকপ্রা?"

মহাক ইমুংদা চংলক্লিবৈভেদগী হরিচরণ অফা-অপুনবগুম ফম্লবনি, কৌথি-কৌক্নবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "ইমানদি থকউ য়াত্রগা!"

শৈলজানা ধমকা তৌদুনা হায়রকই. "অমুক চিন্থক্তা থুম্লকপা শাই! নঙনা পীথকই পীথক্তে অদুদা থুম্মু?"

মমাত্তোমগী অকনবা চৈয়াক অদুদগী মচানুপাবু কনখিনবগী-দমক সিদ্ধেশ্বরীনা মপুক্লুং লাংতক্লরক্লুনা হৌগংতুনা ফম্লগা হায়রকই, "নঙনা অমুক খেংলবা অহিংসিদা ইয়াং তৌরম্বিবসিদু করিনো হায়রু শৈলজা? তাম্নিত্রা হরিচরণ, ঙনা হিদাক-মুংদাক করিনো ঐঙোন্দা পীরো-লাও!"

হরিচরণ মখোনা থরমথৈ ফংলদুনা তৌফম থঙদবা মওংদা ফমুংগী মাচা অংনাবা চুমথক্রে অমত্তুং দেরাজ মথক্তগী লিক্লিগা গিলাস মচা অমগা লৌকরগা পায়দুনা মমাগী মনাক্তা লেপ্লরে। মথুগা হাংদোকদবগী তৌরমক্তদা শৈলজানা ঙকম অদুদগী হায়রকই, "গিলাসত্তা হিদাক থৈরগা লোইরে, নত্রনে ঝরি?

ঈশিং দরকার লৈরবাই, চিন্দা করিসু তাহন্নিংলোই. মত্রা? থোৌলৈতবা থবক অসি মখোয়বু ঐনা তৌহন্নরোই।"

হিদাক লিক্লিহু মখুত্তা কংবদা হরিচরণ খুদক্তা আশা লৈতরম্মী, ঈবাং অহ্ ওসিগী ওইনা লোইবমাক্কে হায়রদা। অদুবু চিন্দা তাহন্নব করিগুম্বা থরগী রাহংদা মত মাংলে ওমখ্রে। মহাক্তা উপায লৈত্রাগী মতৌগুম লোমদা অলোমদা কোইয়েং কেংলগা পীরাং থাংবা খোজেলদা হ যরকই, "কদায়দসু করিমত্তা লৈতে ইমা'তোন।"

"লাকদনা কদায়দগী করি পাইহুনা লাক্কদগে?"

সিদ্ধেশ্বরীনা শাউহুনা হায়রকই, "মাগী কদায়গী করি লৌরুহুনা পীরগদগেনে? অসিগুম্বসিবু হুপা-নহাগী থবক্লা? শৈলজা মচমা ব্রারকপা হায়বদবু নুপামচা শিংচিগী মথক্তদনি। চংলমদারদা মীলিদা শিন্নরবদি যাত্রা? ঈকাই-মাইকখী নুপীমচাহু মচু হনক্র। কাওবসিদা কান্দা অহুক্তসু চংক-লাংকপোং মত্তে— অনুক্তসু হন্না য়েংলগা মত্তে, মমা শিরত্রা চংলিব্রা হাযবা।"

"হাযবিরিবহু করি র নো ইচে, মাদি ঐগা চোয়মহুনা পটলতাঙ্গাদা চংনুলি ররনি।"

"করিগী চংনু রব? করি খন্দুনা ওুগা গাবু পুরুরিবমে? কদায় হরিচরণ, হিদক পীরক্নো— অস্তুন হেক্তা থকচিন্নগ।"

অসি হাংহুনা সিদ্ধেশ্বরীনা মক্ষমহুদা লৈতবা মচ নুপীগী মথক্তা দোষ পুন্নমক পাশিন্নগা হিদাক লোগাববগী মখুং তি থোরক্ল।

"অমুক্তা ভাইখো হরি, ঐ লৌরুখিগে।" হায়রম্লগা শৈলজা কাদগী মপানদা থোরকয়

# অনি

হরিশকী মূপী নয়নতারা মীরুন্দা ফৈতুনা খুরখৈ সাহেব-শাবা তম্মী। মচানুপাশিংবু মহাক্না বিলাতী ফিজোল শেংহন্দনা মপালদা থোকহন্দে।

উচি অমুক সিদ্ধেশ্বরী অাঙ্কিক লোইশঙগী ফম্লি, মচানুপী নৈনাম্বনা ঙিদক পীথক্লমগা চক্লহৌমা মমাংদা ফম্লি, অসিগুম্বা মতম অসিদা মমাংতরাক্না কা মথুংদা চংশিল্লগা হায়রকই, "ইচে, মরক্তা অতৌ গীকেট তুহম পুরক্লে, নুপা কুনথক পীবিবা তাবে।"

সিদ্ধেশ্বরীমা অঙ্কিক তৌরিহৈবা কাউথোকখিহুনা হায়রকই, "কুরং অসিগী মখলবু নুপা কুন?"

নয়নতারানা মোকথোং তেইহুনা হায়রকই, "মসিবু কয়া যাম্বা শেল্মো ইচে? ঐথোয়গী অতৃলগী স্যুট অমা তুবদা নুপা হুম্ফু-হুম্ফু নয়া চংলিবনি।"

'স্যুট' হায়বা ব হৈদি সিদ্ধেশ্বরীমা ভাব তাদ্রে, ফলপ কলপ থেংলকই। নয়নতারানা ত্থগা'যনা ত ক্লুনা হায়রকই, "কোট, প্যান্ট টাই — পূম্নমক অসিগী অমুনবু ঐখোয়না স্যুট হায়বনি।"

সিদ্ধেশ্বরীমা শাউরংনবা মচ নুপীদা হায়রকই, "নীনা মখোয়গী মমাতেন খনা কোইরুচো, শেল লৌথোকহনগে।"

নয়নতারানা হায়রকই, "শোহু পীরকউদনা— ঐ হেক্তা লৌগনে।"

নীলাম্বরী হোগংনক্লে— মহাকনক্লা হায়রকই, "ইমানা কদায়দগী লৌক্লগনি, য়োংকী উপুগী শোদি ইমাতোম্মা অহুম পায়দুনা লৈ।"

ৱা অসি তাবদা নয়নতারাগী মমাই ঙাংলক্লে। হায়রকই, "মৌ অতোপ্পী নহালমথৈ লৈতে হায়দুনদি খঙলবে, মহালথোর উপুগী শো নহাক্লা পায়রম্মা এইরি নাম ইচে?"

সিদ্ধেশ্বরী আহ্নিক তৌবা হোৎক্লে, মহুগী পাউথুম পীরক্তে।

মিমিট তরায়োমগী মতুংদা শেল লৌথোক্লমগীদমক শৈলজানা কাহুদা চংলকপা মতমহুদা অতুলগী কোট অহুমবা অহুগী মরমদা খম্ন-নৈমবা চংখরম্মী। অতুলনা কোটতু লিংশিল্লগা মহুগী ফিহু-লাক্লুনচিংবা খঙহন্নবা তাক্লম্লি অমসুং মাগী মমাগা হরিচরণ-গমা চঙক্লবা মিংয়েংনা য়েংহুমা ফ্যাশনগী মরমদা জ্ঞান তানশিল্লম্লি।

অতুলনা হায়রকই, "ইমাতোন, মহাকসু য়েংউদনা ফিহুনি কমদৌবগে!"

শৈলজানা শম্মা "ফৈজে" হায়রগা উপু হাংহুনা লুপা কুন খিদোক্লগা মঙোন্দা পীরম্মে।

নয়নতারানা লৈরিবা পূম্নমক্তা তাহন্দুনা মশাগী মচানুপাদা পান্দুনা হায়রকই, "মঙগাদি উপু থম্মা নফি-নরোল লৈরিবনি, মহু ফাওবা ওকপা নাইবা লৈতে।"

মচানুপানা ফিজংপা মওংদা হায়রকই, "করামক হম্না হায়নখিগদগে ইমা মঙোন্দা? হৌজিক কালগী ফ্যাশনি অসুম্না তৌনরিবনি। ফিহু-লাক্লু থোইদোক্লা অসিঙুবা মওংগী মাদপ্রবনা অমত্তং লৈত্রবদি মীনা নোক্লগদৌরিবনি!"

অসি হায়রগা খোকখিগদবগী তৌরকই, থঙাহৌদনা চপ লেপ্লগা হায়রকই, "ঐখোয়গী হৱিদাদানা অফংবা অমা হেক্তা শিংশিল্লগা চংখোকপা উবদা ঐখোয় ঈকাইজরবনি। সোমদনা খাও পামশিল্লি. সোমদনা কিখেং তাইশিল্লি—অচ্চা অচ্চা, কয়'দা মওং চাখিত্রবা!"

অহুগী অতুংদা মখুং-মশ চংতুনা হায়রকই, "তশেংন হংলাইনা চংপা মাংগ্লি!"

মচানুপাগী মতো উবদা নয়নতারা থিক-থিক লোকখোয়রক্লে। মীলাম্বরীনা মমাই হৈংোক্লুনা শোক্লিংবা খাংলকই।

মপুক্লিং নুংশিবা মিংয়েংনা গম তোংলগী মাইখোংদা য়েংলুবদা হরিচরণ ঈক'ইহুনা মরু লুকখ্রে।

সিদ্ধেশ্বরী মমিংদা ওইনা পূজা আহ্নিক তৌরিবনি, মচা-নুপাগী মশক উবদা থম্মোয়দা নৈশা লাংলকই। শাউহুনা হাযরকই, "অচুম্মকিদনা! মখোয়গী থম্মোয়দা হয়াও-ভয়াবা নৈফম খোঙত্রা শৈলজা? তুনিয়ুদনা, অঙাং পুম্নমক্কী হুরিং অমি-অমি।"

অতুলনা হৈ-শিং শাহনা মখুং-মশা চংতুনা হাযরকই, "ঐতোন্দা শেল পীরু ইমাহল, ঐগী দরজোহবু মওং তানা তুহনগে—ম গুবনবা ঐতোন্দা চানাক তৌবা ঙমাই।"

নয়নতারানা মচানুপাগী হৈ-শিংবগী মরমদা কহিনো রা অমা হায়নিংলকই, অহবু মহুগী মমাংমক্তদা শৈলজানা চীংকে বা অচেংপা

খোঞেলনা হায়রকই, "মগুমা হন্নু-হঙ্খি শাবগী কায়দে ইবুংঙো, মশাগী মথোঙ্গম তৌকচো। মখোয়গী মুঙ্গিং মুঙ্গিরবা মী নৈ।"

অসি হায়রগা মহাক ফিজিদা পুন্সিবা শো চবুল অহু ঝম লাউনা মনঙ্গমোমদা হনগংলগা থোকখ্রে।

ময়মত্তায়ামা শাউনা হায়রকই, "ইচে, মৌ অতোপ্পীগী রা তাবিয়েদনা? কয়িগীমো, কয়ি অমানবা রা অতুলবা হ যগ্রবগে হায়বিয়ু?"

সিদ্ধেশ্বরীনা পাউথুম পীরক্তে। ইষ্টমন্ত্র জপ তৌরি, অহুনা তাদবা ওইদবা যাই।

অহুবু শৈলজানা মহু তাহৌরে। মহাক্না খেংঙকম অনি হজিনক্লগা মৌ-যাইমদা য়েংহুনা হায়রকই, "মৌ-অতোপ্পীগী রা ইচেদি য়াম্মা তংপ্রবনি—মহাক্তি তারিয়োই। অতুলনা মনাও ওইরগা হরিচরণদা অহুম্না কয়েম-কথাইনরগা মহাক্না থিক-থিক মোক্তুমনা লৈথোকই—মা ঐগী ইচামক্তা ওইরম্লগদি ঙসি মাবু ঐনা হিংনা ফুম্লমগদবনি।" হায়রম্লগা মশাগী মথোদা চংখ্রে।

কাহুদা লৈরিবা পুম্নক চপ মুংমা লৈখ্রে।

ডাইহাক লৈরগা ময়নত্তারানা মুংশা মপী অমা হেংদোক্লগা মচেহলদা হায়রকই, "ইচে, ঙসি ঐগী অতুলগী মপোক মুমিংনি, অহুগা মৌ-অতোপ্পীনা মচিন্দা থোয়কপা অমা হেক্তা হায়হুনা মঙোন্দা চৈথিরম্লগা চংখ্রিবা!"

সিদ্ধেশ্বরীনা মনাওমুপী অমি থংনবগী বাহৌ অহুদা বা ঙাংদনা মু শাথীনা ইষ্টনাম জপ তৌরকই।

ময়মতায়'না পাউথুম ফংদ্রবনা অমুক হায়রকই, "মহাক মশামক্ক মিনো অমা শিমফিত্রবদি ঐখোয় ইশামক্কা কন্নিবো উ অমা য়েংখিবা তাই।"

অহুম ওইনমক সিদ্ধেশ্বরী রা ওংদে। মতম অহুদা ময়ন-ত'ম্বা মচানুপা পুহুনা তপ্পা তপ্পা থেকনে।

অহুবু মিনিট তরাহোমগী মতুংদা সিদ্ধেশ্বরীনা লাই-থুকপা লোইহনা হৌগংলকপমক্তদা মো-যাইমা অমুং হনক্তুনা লেপ্লরে, খোঙ্জেল মরুমদা তাইহনা নৈরম্না.ন।

সিদ্ধেশ্বরী না হৃংশাথীহনা মাইখোং মকশিন্না হংলকই," কন্নিবো মো-যাইমা?"

ময়ংতায় না হায়রকই, "বাকম অহুমক হওজগে লাকইবনি। ঐ কনাগীশু মরন চ'দে-থক্তে, শেক্ত-ইন্দোদনা হচে, অহুপা তুশিন্না লেপহনা মীরা-মশা তাগদবা!"

সিদ্ধেশ্বরীনা মহাকপু থেমজিনবগী ব খলদা নোল্লুকপা মওংদা হায়রকই, "মীরা-মীশা তাক্লগদো রবদি কন্নিগনো মো-যাইমা, মামা অহুম্না ওাংতবদি মহৌশানি। অহুম ওইনমক মতোন্দাদ হ'রবু হায়খিদে, তপ্পগী—"

"তপ্পগী অতুলবু হিংনা ফুম্বা পামখিবদনি। অহুগা ঐনা খিং খিক মোকপা। অশোকপা মকমদা ঁম থ'কপিহু ইচে — অহুগা মী.ত প্পা ইনশিন্দুনা তমজিংনা কনহন্দুনা কন্নিগী ত লহম-ঝিরিবনো? ফাহনা ফুহন্দে হায়হনা ওইরিনিমে মপুক্লিং পেমশিহো ম্রবা?"

সিদ্ধেশ্বরী চঙকখ্রে। তপ্না তপ্না হায়রকই, "করি বাংলো মৌ-যাইমা? ঐমা মংগোন্দা চৎশিনখ্রবে?"

মৌ-যাইমা শোগী বাফমদগী মপুক্লিংদা খমচাকপনা শিগদোরক্লবনি, নিজংশা মওংদা পাউথুম পীরকই, "মতুদি মহাক মশামা খঙলিমি। কনাগীসু মপুক্লিং খঙজরুনিংদে হৈচে, মিংমা উরবা মাকোংমা তায়বদদা হায়গদবনি। ঐখোয়দি সৈনৌমি, নখোয়গী যুমদা লৈরবসিদা করিগুম্বা খুদোংচাদব-খোঙবা লৈরবদি, ফবু ফরমগদবনি মহাক মশামক্তা হায়বিরম্লবদি, অদুগা মীখোপ অমা থা মমবির ক্লবা করিগীনো?"

বাকং অসিগী পাউথুম সিদ্ধেশ্বরীগী মচিন্দগী থোরাক্লে, মহাক লোম্হৌ'তবগুম মুমা ঘেংচুমা লৈখ্রে।

মৌ-যাইমন খোইদোক্লা খোজেল কমা হায়রকই, "ঐখোয়সু শক্তিক চাদে হৈচে, পূর্বক খঙই। অদুবু মওং অসুম্বা তাংহোক-পিদনা ফজবা বাহৈ অনদংনা খদায় তৌরিম্লবদি ফজনা উরম-গদবনি, ঐখোয়সু ইজং মাংদবা চৎলমগদবনি। ও.—মহাক্তা ত.হিবা থোক্লবদি তশেংনা অভিযাদনী হাবক গুম থে কত্রগনি। মহাক্লদি মীথোন্দা কোংথা থাগৎচরিবনি, ঐখোয়গী ইহৈজমদি অচম্বা মী মস্তে—সাক্ষৎ লক্ষ্মী মক্ক!"

সিদ্ধেশ্বরী কপথে য়ক্লে। মুনগংলবা খোজেলমা হায়রকই, "মতুগুম্বা বদনামদি য়েক্লবনা ফাওবা তৌরবা ভুংখাই মৌ-যাইমা! বাদি ইম.ও.টিংংটৈ'দা তাইমখিগদৌবগী শরকপুদি পিথিবনা হেয়াইফ। নখোয় লকপসিদা ঐ.থায় হয়াওজবগী

ঙম্‌খৈ লৈত্রবদি—কানাইগা পটলগা কৌবকউ, ঐ মথোবগী মশা শোক্লুনা—"

বা অসি য়োইশিনখিত্রে। শৈলজানা শঙ্গোম গিলাস অমা পুহনা চংলকপা হায়রক্ই, "লাই থুকপা লোইবিরক্রা? শঙ্গোম থবা থকদি ইংে।"

সিদ্ধেশ্বরীনা কপ্পা কাউথোকখিহনা লাউ-খোংলকই, "চংত্রো চংলো ইমাংদগী— চংত্রো চংলো।"

শৈলজা তিংঙক-ম'ইঙক্লহনা য়েংহনা লৈ।

সিদ্ধেশ্বরীনা কপ্প কপ্পা হায়রকই,"নঙনা মী.ঙান্দা ঙংনিংবদা ঙাংলুবিবা কবিগীমা?"

"কমাদা কবি হায়রম্বগে?"

য়াহং অসি সিদ্ধেশ্বরীনা মনাদা কাওবা হাপখিত্রে, অহুম লাউ-খোংহনা হায়্‌রকই. "ঐতোন্দা ঙাংনিংবদা ঙংই, মসি নঙগী হৈনবা ওইরক্রা? চংগীত্রো ঐগী ইমাংদগী।"

শৈলজানা ইচম চম্বা মওংদা হায়রকই, "ফরে ফরে, শঙ্গোম থকপিয়ো, ঐ চংব্রগে। গিলাস অদু ঐতোন্দা দয়ক'প লৈ।"

মহাক্কী অনমকনব মাঙ'ংহ্‌ তাবদা সিদ্ধেশ্বরী মৈগী মূর্ত্তি লৌত্রে. "থক্লোই, ঙপথক থক্লোই, নংদ খিং চংত্রো। মঙ চংখিগে হায়রগা চংত্রো মত্রগমা ঐ চংব্রগে— অনিসিগী মরক্তা অমা তৌত্রিবমথৈ ঈশিং ফাওবা লৈত্তোম তংলোই।"

শৈলজানা অহুম অচৰা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "ঐ ঙমিং অহুদা লাকপ্রবনিমা ইচে, হৌজিক ইথোঙমা খেংমা চংখিবা ঙম্মোই। মহুগী শরুকপুদি কাটৌয়াদা চংতুনা নুমিৎ থম্বজিহুম

লৈথোকউচো—গঙ্গাহ্ মক্না লৈ - খোঙকাপ থরদনি চংকদবা। ফয়ে, ইচে-য়াইমা, করিস্ম লৈত্তবা বাকমদা অমুক্তা ইমাং হৌহন্নিবা কন্নিগীনো তাকপিয়্যুদনা ? অমা-চৈমাখোলনা শিপদোয়বনি ইচেদি, মঙোন্দা অমুক মৈ চুক্রিবা কন্নিগীনো ? ঐনা কপিওবা লানথিবা লৈয়বদি ঐঙোন্দা অহুম হায়বিয়গা লোইয়ে—কন্নি তৌয়বগে হায়বিয়ু ?"

সিদ্ধেশ্বরীনা মপী ভৈথোক্লগা নোক্লুনা হায়রকই, "ওসি অতুলগী মপোক মুমিংনি, কন্নিগীনো নঙনা মঙোন্দা অহুওবা বা পন্দুনা চাংমুন্নিবদি ?"

শৈলজা নোকথোয়ক্লে, "ও, মহুগী ওইয়ে! করিমত্তা মুংশা-থীবিক্লদু ইচে-য়াইমা—মহাকুম্না ঐস্থ মমা অমনি। ঐগী হরি, কমু, পটলগুম অতুলস্থ ইচানি। মমনা চৈ-থাংবদা থক তেংবামবা হৌনদে ইচে-য়াইমা ; ফয়ে, ঐনা মঙোন্দা আশীর্ব্বাদ তৌবিগনি—সে ইচে, থক্তোকপিয়ো, ঐ থাং থজংলম্নগা লাক্লিবনি।"

সিদ্ধেশ্বরীগী মাইথোংদা কপ্পিংবগা য়ামনা মোক্লিংবগী লৈমাং শাংলক্লে, হায়রকই, "ফয়ে, নঙগী নচে-য়াইমগী মফমদস্থ লাক্লে হায়বা মশানা য়াজয়ো নঙনা মঙোন্দস্থ ফজদবা বা চাংথিবদায়।"

"হোয় য়াজয়ে," হায়রগা শৈলজানা খুদক্তা কুহ্হনা মথুংনা নয়মতারাগী মখোঙ শোক্লুনা হায়রকই, "কন্নিওবা ইয়াল লংশিন-জখিবা লৈয়বদি ইচে-য়াইমা, ঐবু চাকপিয়ু—ঐ লাক্লে হায়বা ইশানা য়াজয়ি।"

নয়নতারানা মথুং তিংখোক্লুড়া মহাক্কী মখদাং শোক্লগা চুম্লরগা মেখোন তৌনা ভুম্মিন্না লৈরে।

সিদ্ধেশ্বরীগী থম্মোয়গী অকম্বা পোৎলুম থাংথরে। মহাক্না হুংশিল্লিবরক্লুনা অমম্বুং হরাওবনা থম্মোয় পেৎথরক্লুনা নয়নতারাগী মতৌগুম মৌ-অচৌবাগা মখদাং শেক্লগ মে-মাইমদা হায়রকই, “অচাংবীসিগী বাদা করিগুম্বা সুমিত্তম্ব শাউরুগম্নু মে-মাইমা। অহুগা ঐখোলনক য়েংউদনা— ঐনা মতৌনা ভাংগি-চৈথি, কয়া থীনা থানা হায়রি; অহুবু মিৎকুপ অমত্তং মশক উদবদা পুকমুংদা করিগীমো থওদে খোইরাং-খোইশাউনরকই— শকোম অম্বুক য়াম্বসি ঐবু থকপা ভমগন্নরে হৌনাও?”

“ভমগনি, থকচিন্নবিরো।”

সিদ্ধেশ্বরীনা অমুক য়েংলুগা তৌদনা মমহুমা লোইমনক থকচিল্লগা হায়রকই,“খৌজিকমক মুপামচাহু কৌশিল্লগা আশীর্ব্বাদ তৌনিয়ুকো শৈলজা।”

“হৌজিকমক তৌজগে” হায় রগা শৈলজা মোক্লুনা অহাংবা গি মতু পুহুমা মপালদা খোঙরে।

## অহুম

অতুলনা মতৌ অম্বুম্বা ঈকাইবা নংবদি মপুক্লিদা অমুক্লা খোকখিদ্রে। অড়াং ওইরিবৈদগী মমা-মপানা করিগুম্বা সুমিত্তম্ব মহাক্কী অনিংবগী মায়োক্তা বা ভাংলকখিদ্রে। ভসি ময়াম মমাংদা অহুক শাথীমা ঈকাইবা মংবহুদা মহক্কী মশা ‘পুম্বা নৈ

হৌনা চাকখ্রে। মপাল্দা থোরক্লগা কোট অহনবহ লৈথারবা লাক্লুনা লংথোকখ্রগা মহাক মাইথোং মকশিন্না ফমহনা লৈখ্রে।

ঙসি হরিচরণনা অতুলগীদমক থাইদগী হেন্না মথরায় বাচে। মরমদি মহাকমক্তী মীচং চংবদা মহাক ঈকাইখ্রবা নংখ্রিবমি—অতনা মহাকশু মাগী মাক্তা চংশিন্নক্লুনা ফম্লে। মাগী মপানদি মহাকপু থেমজিনবনি; অদুবু মতমগা চুমথা বাহৈ অমত্তম থিবা ফংদ্রহনা তুম্মিন্না লৈখ্রে।

অদুবু অতুলদি অমুক তুম্মিন্না লৈবা ঙমদ্রে। মরমদি, ঈকাইবা নংবা অসি মতাং অনিদা মহাক্তা অয়াউরম বাক্লবগী রাকম ঙাক নত্তে, মহাক মীরংশাক্লগা ফ্যাশন কয়া কোট-প্যান্ট নেকটাই কয়া পুহনা মযুমদা হক্লকখিবনি, মওং কয়াদা য়াম্না ৱাংনা মশাগী আসন শেমখি, ঙসি মমাত্তোনগী মীচৈ অমগী চৈনাখেলদা শিংগুপ শানা তেয়না অহাংবদা তীমখিবা উবদা মহাকপু মপুক্লিং নুংশিবনা থকংহনখ্রিবনি।

হরিদাসনা অপাম্বনা শাউরংনদা হায়রকই, “ঐ কনাগী মরা লৌগদবা লৈত্তে! ঐ অতুলচন্দ্র শর্মা ন,— শাউরক্লবদি ইমা-তাম-নুংদোম কনাস্মু থোওইগ বা লৈতে!”

হরিচরণনা লাক-য়েং হন্না হন্না য়েংলগা কৌথ-কৌক্লমনা থুম্লকই, “ঐস্মু থোওইদে তুম্মিন লৈয়ু কানাইলাল লাক্লে।” তুংদা অপঙবা অতুলনা মমাত্তোনমক্তী মাংদা ইচং থৌনা হুয়েদোক-খিগক্রা চিংনবদগী মহাক তোকপ থঙদহনা হৌগংতুম্না লেপচুনা লৈখ্রে।

কানাইনা খোংজিন মপানদা লেপতুনা মোগল-বাদশাহগী নকিংকী মতৌগুম খোঙেন হৌনা হায়রকই, "তামোচা, তামোযাই, ইমানা কৌরি— অথুবনি।"

হরিচরননা মখ'ই মকশিন্না হায়রকই, "ঐবু? করি তৌরবগে? ঐবু ঙপ্রং নত্তে, চংলো অতুন, ইমাহোন্না মঙবু কৌরি।"

কানাইনা মপু ওইবগী খোঙেনদা হায়রকই, "মখোয় অনিমকপুনি— মখোয় অনিমকপুনি— হৌজিকমক—এঃ তামোচা, মহাকী কোট অহমবসি কমানা লৈবাক্তা থানরিবনো?"

মহাকী পাউথুমদা তামোচানা তামোয়াইগী মাইখোংদা য়েংলকই, অমসুং তামোয়াইনা তামোচাদা য়েংলকই, কমায়মু পাউথুম পীদে। কানাই লৈযাক্তা নৈহংতুনা তারিবা কোটতু লৌখংতুনা চৌকিগী পাহোমদা য়ানখংলম্লগা চংখ্রে।

হরিচরননা মাইখোং তাইকেং তাইনা হায়রকই, "ঐগী কীকনিংঙাই করি নৈ, ঐদি করিসু হায়বিদে— মঙবনি ইমাহোনগী মরা লৌদে হায়বিবহু।"

"ঐ ইহোমদমা হায়খিবা নত্তে, মঙসু হায়খি।" হায়রম্লগা অতুন চউথোক্লা ইমুংদা চংখ্রে। মহাকী তাবতি অদিনি মহাদি, দয়কায় লৈয়রবদি মরাক্লা অচুম্বা বা হায়দোকনি।

হরিচরণগী মাইখোং অমুক হেন্না মকশিনখ্রে। অমনা মমাহোন্না কৌরিবগী মরম খঙদ, মহাকী মথক্তা অক-কত্তা জ্ঞান লৈতবা অতুলনা করি হায়দোকউগদগে হায়বা তাবনা শাকখসু নুই। অমুক্তং খল্লকই, মহাকসু মতুং ইন্দুনা চংলুগে অমসুং

রাহং খুদিংমক ককনুগে হায়না। অহুবু করিগুম্বা মওংদসু অদুক হ ক্লা ইচং থোক্লবা ডমগনি হায়বগী থাজবসু লৈতে। হাকির ওইক্লনবগী মতম য়োশিল্লক্লে—কানাইলাল শমন পীরম্লগা চংশ্লবনি, হন্দক্ত শোয়দনমক রাদ্রেন্ট পুহুমা লাক্লগনি। মশা কজন-বা অকবা উপায় অমত্তা থিবা ফংত্রবদা হরিচরণ খডংদনা ঝারিঠ পুহুনা থোইদোকপা মকন অমদা অশ্মনা চংগ্রে। মম চৌনবু ইমুংগী মী খুদিংমক্লা কৈগী মতৌগুম ক নৈ।

অজুলনা ইমুংদা চংংগা পাউ কৌবদগী খজংশ, মমা তোন শিরামিযক চকখুমদা লৈ হায়বা। মহাক থম্মোয় কমশিন-হন্দুনা থোচক্লিলদা লেপ্লয়ে। মরম দ য়ুম অসিগী অতৈ অজা শিংগী মতৌগুম মহক্লা মমাতোম অহুবু শকখজনুবা মতম ফংখিদ্রি। নুপী ওইবীসু ইম্পা তকী মতৌগুম থম্মোয় কনশিংহনবা ডম্মী হাবা মহক্লা খজংমদে। অহুম ওইনমক, সাধারণগী থম্মোয় শোনবা অমসুং থম্মোয় পিকপা মরি-মতাশিংগী মমাক্লা পোকপদগী চাউরক লা য়গী মমা, মম তোন, মমহনম চংবা গুরুজনশিংগী মরুদা অকোণ ফংবা রাখল অমা পোক্লকথি, মখোয়গা চিন্নক্লা শুপ্লগী অকনবা পাউথুম পীবসু জল্লবদি থক পাংথোকপা য়াই হায়না। হায়রদি, মশাগী অপাম্বহু য়াংমা চেংনা কোংদোকপা দরকর ওই। মহুবু ওইয়রবদি খোয়মা তাবি, মহু মল্লবদি তাবিদে। মহু জগ্রবা মচা অহুদি মপুক্সি চুপ্লা মগিং য়েন শিরগদবনি। মসিদা লাকপদগী হৌনা মহাক্লা

ইশ্বিচয়নগী মফি-মরোল য়াংপা উৎদা কৌশিং অসিমক লোয়না ওইমস্থু তঙ্গখ্রবনি। অদুম ওইনমক, হৌজিক্তা মশাগী মতাংদদি ক'রম্ভুম্বা কৌশিং অমতস্থু কাম্নখিত্রে, মমাতোমগী মীচৈ তাবদা অকনবা পউগুম লীক্লানি থাপ্লগা য়াক্ষিম্রি— করিগুম্বা পাউথুম অমত্তা মচিন্দা (য়েংকহিদে—জ্ঞান য়াংবগী মতৌগুম তুম্মিম্না মপাদদা থোরকপা তাখি। অদুমা হৌজিক চংবগা ঈকাইবা নংখিবা পুম্মক মরেক অমত্তা চিথদনা হন্দুনা লীক্লনংগী য়াথংদা মহাক শিংচিংচিং য়েনা চাকশংগী থেংজিল ময়াদা চংলক্তুমা লেপ্লরিবনি।

মফম অসিদগী শৈলজাগী মইথোং মচেং অমা মরেক শেংনা উবা ফংই, মতুদা মতুনা মমাই নোনখংলক্লবদি মহাক্না অতুলবু উরমগনবনি: অদুবু থোংথকপদা থোইদোক্ত চিন্না লৈবনা অতুলগী খেংথং মখোল তাখোদবনি, মমাই নোনখংজিনম্ভু য়েলক্লবন। অদুবু মমাতেনবু ঙসি চিংখিনা উবা ফংলিবা মিংকুপমুক্তনি, অদুম ওইমনক মহক্না ভাবনা খঙজবা ঙম্লে, মাইখোংহু মমাগী মতৌগুম্বা নত্তে, মমাহলগী মতৌগুম্বা নত্তে— মাইপেং অমিগী মাংদা লেপ্তুনা মপুক্কিংগী অপাম্বা নমহুনা ফোংদোকউমনগী পাঙ্গল অতৈ কনাগীম্ভু লৈসনু, মক্ক ওইনা মাগীদি নৈতে। মহাক্কী ফম্লম্বা থবক মতোমদা নেমথক্রে অমম্ভং মহাক তুম্মিম্না লেপ্তুনা লৈত্রে। মহাক মসি য়েনা মখোনা লৈখিত্রে— করিগুম্বা মওং অমদা মনা-ম নল থোকহন্দুনা মমাতোনগী মিংয়েং চিংশিলুমনবা।

নীলাম্বরী কুরি থবক্তীমো ম'ইকৈ অদোমদা লাকই। থওংখৌদনা তামোচাগী মখোঙদা য়েংলুবা। মহ'ক চওক্লহনা মহৈ চিক্লুনা চপ লেপখ্রে, অমসুং মকমদা ঙৈরগা কীনা পাখংনা হন্না হন্না মওেন্দা থওংলকই, খোঙউপ তোংহনা লেপলুবা মাবা মকম মতো মহ।

মমাতোমগী লুকচাম্ররবা মাইথেং মুন্না য়েংলুবদা অতুলগী থম্মোয়দা শোবিং শোবিং লাউরক্লে। অমুক্কি মপুক্কিংদা থলকই, তুম্মিন্না হন্দোকখ্রগে, অমুক থলকই, খোঙউপ তোড়াহু হমদা লংক্লুনা হন্দোকখিরা। অহুবু মচলমূপীগী মাংদা অকীবা উংলুবা মহাক্কী থম্মোয়দা থোইদোক্লা ঈকাইবা পোক্লকই। অথিংবা লৈ হায়রবসি মহাক্কি তশেংনমক থওজদবনি অমসুং তেগে মতাঙগ মহুবু থোওইক্লনবসু নত্তে। অহুবু মমা-মপাগী মকমদা অথিংবা লৈরক্লবা অমসুং রারক-রতেংবা কংলক্লবনা মহাক্কী রারোবা অসুক্কী মতিক মচিন তুমখ্রে অমসুং ময়া চেংখ্রে মহুদি, কয়িঙগা থবক অমা তৌক্লবা তুংদা নীংহন্নহনা হন্দোকপা হায়বসি মহাক্কী মকমদা যকোক কায়বগুম থোকই। সুংশাথীবনা মাইথোং লাংশিন্না লেপ্লদা মশাগী মংজপমি থওহুমসু মহাক্লা রারো-চাউবা দুর্যোধনগী মতৌগুম য়েংতুম মাতাংদা পকপা লৈবাক মচং অমগী লম ফাওবা থাদোকপা ঙমখ্রে।

শৈলজা মমাই নোংথংলক্লে। সুংশিনা মোকখেং তৌহনা হায়রকই, "অতুল লাক্লিব্রা? লৈরম্মু ইবুংঙো—মহু করিনো? খোঙউপ তোংহনা? মথাদা কুমখো—মথাদা কুমখো—"

ঋুমগী অ'তৈ কনাগুম্বা অঙাংনা অসিগুম্বা ফিজমদা শৈলজাগী মথুংগী অস্নুক লায়না না'ম্থাক্লবা তাঞ্জা ফংলবদি চেম্থোক্লুনা হিংহৈ, অহুবু অতুলদি মরু লুকথহুম্বা লেপতুনা অহুম নৈ।

শৈলজানা হৌগৎলক্লগা হায়রকই, "খোঙউপ তোংহুনা মফমসিদা চংলকপা হৌনদে অতুল, মখাদা কুমথল্লো।"

অতুলমা মাইথোং তাইক্কেং তা'ইনা খোঞ্জেল পিক্লা হায়রকই, "ঐদি চাকথুমগী মপালদা লেপ্লনি — মসিদা দোষ করি লৈবগে ?"

শৈলজানা ধমকা তৌহুম্বা হায়রকই, "দোষ লৈ—চৎল্লো।"

অতুল অহুম ওইনমক লেংদে; মহাক্কী থম্মোয়-মিৎনা উরক্লে, হরিচরণ, কানাই, বিপিনচিংবনা মরুমদা লৈহুনা মাবু চৈ-থাংবহুদা পেন্নরি। অহুনা লাকঙমন্দ্রবা শগোলগী মতৌগুম মঙক ফেং ফেং হাইহুনা হায়রকই, "ঐখোয়গী চুংচড়াগী যুমদদি খোঙউপ তোংহুনা চাকশঙনা চংই — মফম অসিদা চাকশঙগী মপালদা লেপ্পা দোষ করিস্তু লৈতে।"

মহাক্কী মঙক কনবহু উবদা শৈলজা মপূক্লিং নুংঙাইতবগা লোয়মনা ঙকপনা নুংবংনহুনা চপ য়ুংনা লৈল্লে। তপ্পগী মহাক্কী মমিং অনিদগী মৈরি কাপথোরকপগুম তৌই।

মতম অহুমক্কদা হরিচরণগী ময়াম্বা অহল মণীন্দ্র ডাম্বেল (dumb-bell) অমম্থুং গদা পুহুনা হকচাং শাজেল তৌক্লবদা মশা হুমাংনা পুমচোৎ চোংম্বা লাকই। মৈলজাগী মচিন্দগী ময়েক শেংনা রাহৈ অমত্তা থোরক্লে। নীলাম্বরী লেপতুনা লৈরম্মী,

অতুলগী মখোঙদা মখুৎ থিন্দুনা হায়রকই, "তামোচা খেঙউপ তেংথুনা লেপতুনা নৈ—মখাদা কুমথো হায়বা ওপ্পা য়াদে।"

মণীন্দ্রনা ঙংথুনা হায়রকই, "হাই— মখাদা কুমথরকউ।"

অতুলনা কৌথি-কৌরুম্বা হায়রকই, "সিদা লেপ্পবু দোষ করি নৈবগে? ইন্দোলনা ঐবু য়েংথিহনা পংঙাক ঙা লিবনি।"

মণীন্দ্রনা য়েক্নরংমা লান্না চোংখৎলগা অতুলগী মখজায়দা খুবাক্না শাফু কন্না শেংথরগা হায়রকই, "ইন্দোল নত্তে— 'ইমাত্তোন': পংঙাং ঙংলিবনি নত্তে— তাকপিবনি—হায়গদবনি —হৌন-হঙদবা চিন্নিবা!"

মণীন্দ্র কন-খোংনা পাখংমি, খুবাক্না থাবগী অকনবা শাফুহ থাংবা ঙমদে, অতুল মমিং তন্দল পাইহনা ফমথত্রে।

মণীন্দ্র থোইদেক্না মপুক্কুং নুংঙাইজরক্রে। অচৌক কন্না যুক্তমবগী অপাম্বসু মহাক্কী নৈনত্তে দরকারসু ওই থন্দে। তৌফম হঙদনা কুম্থহনা মহাক্কী মথুং অনি পায়হনা হৌগংলিমনবা হোৎনক্লবমক্তদা অতুলনা শাউরবা কবোকৈগী মতৌগুম মণীন্দ্রগী মথক্তা চোংশিন্নগা খোংতুনা চিক্কুনা অস্থুম্না মরি নৈনদনা মনম্বা বা ঙাংলকই, "হিন্দু সমাজদা নৈহনা, ইথুড়া-ইতে নগী লোকমিন্নদবা ইচিল-ইনাও মরক্তা নৈব-লাকপা তশেংনা ওইথোক্রবনি।

মণীন্দ্র অহানবদদি ঙকপনা তশেংনা তৌফম থঙলমদে। মহাক মেডিকেল কলেজগী হরাংবা ক্লসতা শুপ্নি অমসুং চহিদা নহা ওইরি। মনাংনুপাশিদগী হৈরম অয়াম্বদা হেল্লি। মখোয়না

মরাম্বা অহলগী মাংদা লেপতুনা ব্র ভাংজবা ঙমদে। যুম অসিদা মসিমক্তম মাক্লা মতম চুপ্পদা উরাক্লবাব। কমানা অসিগুম্বা পলইদবা ভাংবদবা রাইহে পন্দুনা ঙংলক-শক্লকপা ফমগনি হায়বা খল্লুবা ফাওবা মহাক্লা ঙম্বা নত্তে। মহাক্লা অফ-ফত্তা জ্ঞান অনুক লৈখিদ্রে— অতুলগী লুশম পায়হনা খঙইন ইন্দুরগা ফু ফুহুনা মাঙ্গোল মথঙ্গী শুনা দা চিংথহনা পুরক্লগা থল্লয়ে।

ক নাই, বিকিং, পটলচিংবা নুপামচা-নুপীমচাশিংনা কোইরাং লংনকই। মণীন্দ্রগী নমা সিদ্ধেশ্বরী লাই-থুক্লবা থাদোক্লুনা চেল্লক্লে, মৌ-য়াইমা অচিকপা কাদা সন্দেশ অনিদং চারগা ঈশং থক্নদবগ তৌরম্মী চরাংনরকপা তারক্লুনা মপানদা থোরকপদা মখাই শংত্রিক শংখ্রে। মচিন্দগী সন্দেশ ওথোক্লগা কপ-লাউহনা লাইশিল্লক্লুনা মচানুপ বু কোন্দুনা থম্লরে। পুম্নমক অহনা পুন্দুনা অসিগুম্বা ইরাং অমা ওইখ্রে মহুদি. মপালগী মুম্বুনেনশিংসু চেম্নরক্লুনা হুংলবে।

শৈলজামা চাকশঙদগী মঙক লিংথোরক্লগা হায়রকই, “মণি, নঙ মপালদা থোকখ্রো।”

অসি হায়রম্লগা মহাক মশাগী থবক্তা মপুক্লিং ওনশিনখ্রে।

মণি তুম্মিম্না চংখ্রে। মহাক মপাবু মৌ-য়াইমানা অঙাংবগুম লাউ-খোংবা ম.ত হু উবদা ঈকাইহনা চংখ্রে।

ঈরাং অসি থরুমথৈ ঈংথরক্লবদা হরিশনা মচানুপাদা হংলকই।

অতুলনা কপ্পা কপ্প মমাতোন্দা দেথ থৈরিন্দুনা হায়রকই, “মানা ভামোচে দা ঐবু ফুহম্নবা ইনশিল্লি—” অসনচিংবা।

হরিশনা লাউহনা হায়রকই, "মৈ অঃতঃপ্পী, নত্তবা মণিদা মী হাংনবা ইনশিল্লিবদি করিগীনো হায়য়ু?"

নীলাম্বরনা চাকশঙ মনুংদগী মনাত্তোনগী ওইনা খুম্লকই, "ভামোচা হায়বা ইন্দে, মামা তামোচৌবু চৈ-থাংই, অহনা।"

নয়নতারানা মচানুপাগী হাকল চংহনা হায়রকই, "মহ ওইরবদি ঐন্তু হায়নিংই মৌ-অপোপ্পী, নঙগী হুকুমদগী মাবু হাংকে তৌরকপহদা মানম্বু চৈ-থালকপনি, মহ নংলমগ্রবদি মীঙোন্দা চৈ-থাঙ্গদবা মচা ঐগী অতুল নত্তে!"

"নত্তবমক্কি।" হায়হনা খুগ্লগা হরিশনা অঙকা হেন্না অশাউবা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "নঙগী মনাত্তোন্দা হংউ নীলা, মাগী মথৌ করি লৈহনা অতুলবু ফু হায়রিবনো? হায়বা ইন্দ্রবদি মত্তমহুদা এখোয়দা তক্লুদ্রিবদি করিগীনো? ঐখোয় লৈনা লৈনা মানা রাররুবা করিগীনো?"

নীলাম্বরীনা রংহং অহুম অসিগী পাউগুম অমত্তম্বু পীরক্লে।

সিদ্ধেশ্বরী ঙনায়মখৈ মাঙ্গোল মচি অমদা নুংবানবত্তুম তুম্থিন্না ফমহনা লৈরম্মী। লৈনা চেল্লবা হকচাংদা অহক হাক্লা পাথংলুবহু মশাদা মংনিংঙাইনি। অমরোমদা ইমুং অসিদা মহাক অঙাং য়োকপা নত্তনা করিত্তুপা হৌরম অমত্তাম্বু পাক পাক রা ঙাংদে, মরমদি, মহাক্কী থম্মোয়দা থাজবা লৈ, ঈশ্বরনা য়ুম অসিগী হাইফনবা শিনবিদে হায়না। মহাক য়ুমসিগী মৈ-অহল অহুগা য়ুম্বুরেনবী ওইহুনম্বু মঙোন্দা মহুগী মতিক চাবা বুদ্ধি পীবিদে, অহুম ওইনমক শৈনজান খ্বাইদগী নহা

অহুগা মৌ-অতোপ্পী ভইহুনস্থু মপাল নাইদনা মুদ্ধি পীখি। হিসাব তৌবদা, চিঠি ইবদা, ৱা ঙাংবদা, অমা-অমেক্তা মাইকৈ খুংনা মিৎয়েং চংই, পৃম্নমকপূ শানন তৌবদা, খোং-থাকপদা, শেমজিন-শাজিনবদা মহক্কা চা দম্নকুনিংঙাই কৈতে।

মহ'ক্কা মতম অয়াম্বদা হায়, 'ঐখোয়গী শৈলজা মুপাককা ওইমম্বা খোক্লবদি মহলনা অম ওইরম্লগদবনি।' অহুঙম্বী শৈলজা অহবু মৌ-য়াইমনা থিনা ঙাংবি-চৈবিরকপা মতম অহুদা ওইরম্বা য়াই, খঙহৌদনা ঈশ্বরনা মহাক্কী মংকোঙা য়ুম্মুম্নেনবী ওইবীগী খোদাং পীবিরকখিবা।

শিদ্ধেশ্বরীনা খোজেল য়া'ল্লপ্প হায়রকই, "ফরেনে ইনাও-য়াইমা, মহু করিগুম্বা ওইরবদি মঙনক্কা ঐখোয়গী ইকমদা য়াকংলমদনা মপানা হেক্তা শাসন চুক্তি পায়শিল্লিবদি করিগীনো? ইমা হিংলি, ঐ হিংলি— ঙাংলিবহু করি য়ামো— মপালদা খোকয়ো। মীনা তাম্বগ: করি হায়খিনি!"

হরিশনা ঈকাইহুনা হায়রকই, "নহাক্কা মাইকৈ খুদিংমক য়েংশিনবিরবদি য়াকুনিংঙাই করি লৈগনি ইতৈমা। মহু ওইরবদবু মী অমনা মী অমবু ইমুংদা হাংশা ভ'গদা?"

অসি হায়রগা মহাক চংখিগদবগী তৌরকপমক্তদা য়াগী নুপীনা খামহুনা হায়রকই, "ফরোনে, লেপহুনা য়েংবিখোদনা, মহাক্কা মচা-মমাও কমদৌনা ৱায়ক-য়াত্তেহগে হায়বা!"

ৱা অসিগী পাউথুম অমুক পীরমদনা হরিশ মপালদা থোকয়েং।

# মরি

নুমিং মঙনিগী মতুংদা অয়ুক্কী হৌনা য়ুম্‌গু রবী য়াইম-খেয়গী পোং-চৈ য়োম-খোংলি। মতু খঙহনা সিদ্ধেশ্বরী থোঙজিন ময়াদা চংলক্লুনা লেপ্লরে। মিনিট খরা তুম্মিন্না য়েংহনা লৈরগা হায়রকই, "ঙসি তৌরিবসি করিনো মৌ-য়াইমা?"

ময়নতারানা নিংবা কায়বগী মঙংদা খুম্লকই, "উবিরিবসিনি।"

"মতুঙবুদি উই। কদায়দা চংকদৌরিবনে?"

ময়নতারানা অতুম্নতুম হায়রকই, "মফম অমদগু ওইসনু।"

"অতুম ওইনমক, কদায়দনো হায়য়ু?"

"কমদৌনা খঙগনি ইচে, কদায়দনো? মহাক লৈফম খঙ্গা চংগ্রি, হকক্রিবমখেদি হায়জবা ঙম্লোইদৌরি।"

"নখোয়গী নৌতে-ইবুংঙো খঙখ্রব্রা?"

"মঙোন্দা খঙহল্লুরগা করি কন্নগদগে? খঙফম খোকপা মীনা খঙহে, য়ুম্বুরেম্বী অতোপ্পা খঙব্রবনি, মরুমদা লেপতুনা য়েংসু য়েংখ্রবনি।"

মসি ময়নতারাগী মীনম্বা রানি। শৈলচাদি অয়ুক্কা মতমসি শোর হোন্দোকচনবা মতম ফাংবা ফংবা নত্তে—মাদি কয়িন্নু খঙলমদে।

সিদ্ধেশ্বরীনা চাইহাক তুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "য়েংঙোই মৌ-য়াইম', নৌতে-ইবুংঙো অসিগী মান-মর্য্যাদা নখোয়বা খঙব্রে,

অহুবু মপালগী মীদা হংলবদি ভাধা কঙ্গনি, মপোক-মপোক কয়া চংনা তপস্যা তৌজবগী ফলনা মাগুম্বা মতৈ ফংলিবনি, মহু মন্ত্রবদি ফংবা ঙম্বা নত্তে।"

নয়নতারা খঙহৌদনা মিং-মনা লংখৎলক্লে, হায়রকই, "ঐখোয় করম অহু খঙলাইদ্রনে ইচে? ঐখোয় অনি অহিং-অংখিল মাইদনা ঙাক্লেরিবনি, গুপ্তগী ইচৌ-ইচুংঙোদা নত্তে, পূণ্য কয়া তৌজরকপনা নহাক্কী ইচে ফংজরিবনি। নহাক্কী য়ুমসিদা থোং-থোঙমাও কপ্পে ক্রুনা রাই শিং-শেংহনা মীমাইগী মতৌগুম লৈবদি য়াই, অহুবু মফম অসিদা অমুক হন্না মিংকুপ অমা ফাওবা লৈবা-লাকপা ঙমক্কররোই।"

ঙসি নয়নতারাগী খোঞ্জেলদা অস্থুম্না মপুক্লিং-নুংশিবগী মমি থরমখৈ তাবনা সিদ্ধেশ্বরীগী নাকোংদা শীংজানা য়ৈবগুম থোকপ্রে মহুদি, মহাক মপী শিন্থরক্লে। হায়রকই, "য়ুম অসি ঐগীদা নত্তে মৌ-য়াইমা. মখোয়মক্কীনি। করিগুম্বা মওংদস্থ ঐনা নখোয়বু অমুক হন্না মফম কদায়দস্থ চংহনখিবা ঙম্রোই।"

নয়নতারানা মহাক নোমহনা মপুক্লিং-নুংশিনা হায়রকই, করি-গুম্বা ঈশ্বরনা মহুগুম্বা মতম পীবিরক্লগদি ইচে, মহু ওইরবদি ঐখোয় লাক্কুমা ননাক্তা লৈজরগনি; অহুবু মফমসিদা মিংকুপ অমা ফাংবা পঙ্গৌ হায়না তাকপিরগনু ইচে। ঐগী অতুল মমামগী মিং নামনবা মীশক ওইরে; য়াথং পীবিরো, মাবু পুহনা হন্দোকখিননবা।"

সিদ্ধেশ্বরীনা থোইদোক্না শাউরকক্লুনা হায়রকই, "মহুবু করি বাংলো মৌ-য়াইমা? খঙহৌনবা নোংমা করিনো থৌদোক

অমা খোকপ্রে হায়রুনা মালেম থবা হৌমব্রা ? অতুম ঐখোয়গীস্তু ইচা—"

য়া অসি লোইশিনবা ফাওবা নয়নতারানা তপথবা ভুমপ্রে ; হায়রকই, "করিগুম্বা য়া অমত্তা নি শিংদে হায়রুনা মীয়া-মীচ ভাহনা শিগাদৌরবনি ইচে। মহ ভৌখিবা মতমদা ও-ও খোংবমখৈ কপ-শাউরুই, অদুবু মিংতুম অনত্তংগী মতুংদদি গঙ্গাজলদি গঙ্গাজলনিদনা— বাহৈ অমা ফাওবা ঐদি নিংশিংখিদে। ঐদি পুম্নমক কাউথোকউরবনি ; অদুবু য়ারাবিবাদ য়াদে ইচে— নহাক্না ফনা হায়রুনম্তু, ঐখায়গী নৌ অতাম্বা অরায়বা নুপীদি নত্তে! ইমুংগী মী পুম্নমক্তা ইনশিন্দুনা নুমিৎ অহদগী হৌনা কনাস্তু ঐগী অতুনগা ভংন-শক্নহনখিদ্রে। ইচাহ মমাই মকশিন্না খোকখিবা উবদা হন্নুদগী থগলেবনি। নত্তে ইচে, মফমসিদা ঐখোয় লৈবা নুংঙাইররই। মহগী শক্তকপুদি অতোপ্পা মফম অমদা চৎখিবনা মঙ্গল ওইরগনি। মাগীস্তু মপুক্লিং খোংথাজবা ফংলনি, ঐস্তু শোয় চনিং ভানা হোন্দোকপা ফংররুনা হিংলগনি। য়ুমসিদা লৈরদি ঐগা ইচাহ মপুক্লিং নুংঙাইত্তবদগী লায়না চেল্লক্নগনি।"

অসি হায়রগা মচানুপাগী অরাবদা মমিত্তগী পী মরিক অনি নক্তনা ভাপ্লে, মহদা সিদ্ধেশ্বরীস্তু মপী ঈরা চেপ্পক্লে। কনাগুম্বা অচৌং অমত্তগী অরবা য়েংহনা ঠৈথোকপা ভবগী শক্ত মহাক্কী লৈত্তে। মনা-মনিল নাইদনা অহুক কনবা চৈরক পীননবা অহুক অরায়বা লৌশিং সংসারদা লৈরম্বা য়াই হায়বসি মহাক্না

কল্পনা তৌবা ঙাওবা ঙমরম্লোই। মুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা হায়রকই, "ওহোকপনি! মুমদা কনানসু অতুলগা মা-নাং ঙাংনবিরম্বা, মৌ-মাইমা?"

নয়নতারানা মুংশা মপী হোন্দেক্লগা হায়রকই, "হংহুনা য়েংশিনুদবা ইচে।"

হরিচরণনু কৌহনুরগা সিদ্ধেশ্বরীনা হংলে। হরিচরণনা ইচং থেমা পুদক্লা খুম্লকই, "মী মচাহুগা কনানা কৌমক্লগদগে ইমা? তামোচেংদা মচিন্না থোকপা পংচাং ঙংই; ইশাতোম্না চৈ-থাংই!"

সিদ্ধেশ্বরীনা খুদক্ক পাউথুম পাক হেক পীবা ঙমদ্রে। ও'ইহাক্নং নৈরগা হায়রকই, "হৌরবদি হোৎপ্রে, মহুগী উপায় করি নৈ হরি; চৎলো, কৌন-খোৎনক্কচো।"

হরিচরণনা মঙক হাইহুনা হায়রকই, "মাগা কৌনক্লবগী দায় নৈতে ইমা! খুমংদা শগোলশঙদা শগোল শেমবা নৈবনি, মফম অহুদা নৈজক্লসনু, মকুপ-মপাং য়ান্না ফজনি।"

নয়নতারানা নৈ হৌরক্লুনা হায়রকই, "চিন থিংদা মঙম্ম থোইমা হন্থবা মত্তে হরি; মঙনা এখোয়দা অহুন্তবা বা ঙাংলিবা! ফরে, মহুনা হেন্না নৈ। ঐখোয় শগোল শেমবশিংগা তীন্নবা চৎলগনি। হৌগংপিরো ইচে, পোৎ-চৈ মীমাইশিংমা য়োমশিল-পুনশিল্লরসনু।"

হরিচরণনা মমাদা য়েংহুনা হায়রকই, "অতুলনা মমাম মমংদা মমা নৈজরব', মনাত্তোন পায়হুনা হোগং-ফমথা তৌরবা

মহ্ অইরবদি ঐখোয়না কৌবিগনি। মহ্ মত্রবদি ইমাতোম—নত্তে, ইমা মহ্ ঐখোয় কনাম্ অম্মোই।"

অসি হায়রগা কবিগুম্বা য়েংলক-খোংলকপা অমত্তা তাইরমদমা মহাক কা অম্দগী খোকল্লে।

সিদ্ধেশ্বরী মাহুখোং মক্কা ফমহুনা লৈরে।

মো য়াইমনা খোঞেল ওপ্পা হায়রকই, "মো অত্তোম্বীবু কবিগুম্বা অঙাংশিং কৌশিলহন্দুনা হায়হনবদি ঈরাং পুম্নমক নেমগনি।"

সিদ্ধেশ্বরীশা ওপ্পা ওপ্পা মঙক মোমহুনা হায়রকই, "মহুবুদি নেমগনি।"

মো য়াইমনা হায়রকই, "মহুমক ওইরবদি য়েংবিয়ুদো ইচে। অসিগুম্বা অঙাংশিং অসিনা চাউরক্লগা মহাকপু উশিংখিগদ্রা? তুংগী বা হায়রুবা ওবা নত্তে—ইশাগী ইচা ফাওবা মীগী ওইত্রে, অদুবু ঐগী অতুল-সুংহুলবু নখোয়না ফনা হায়নিংবমথৈ হায়জৌ, মমামা মখোয়গী থত্তায়নি। ঐ হংজনিঃই, মতিক কবি লৈহুনা মামা মতৌ অস্থুম্না মঙক হাইগংহুনা ফং চংগ্রিবা! অসুক হাক্লা হেঙিনবসি অফবা মত্তে ইচে।"

সিদ্ধেশ্বরী অসুক য়াম্বা বা অসিদা মপুক্লিং চংলমদবা য়াই, তোকম খঙদবা মওংদা পাউখুম পীরকই, "মহু ওইবা য়াই। য়ুম অসিদা মণিদগী পটল ফাওবা পুম্নমক শৈলজাগী খুবাম-লুংদা লৈ। মামা হায়বা ইনি, মহুমক তৌরিবনি—কমাম্ ঐগী বা লৌবিদে।"

"মসিবু কত্রা?"

সিদ্ধেশ্বরীনা মমাই নোকখৎলক্লগা হায়রকই, "করিবুনো? — হাই তাক্লিব্রা মৈনা, নঙগী ননাতোম্বু অমুক্তা কৌরকউ নুপীমচা।"

শৈলজা কা মনুংদা চংখৎলক্লদা মহাক্কা হায়রকই, "মপোৎ-মচৈ য়েংবা লোইরে মখোয় অদু ওইরবদি চংচন্নসম্বরা?"

শৈলজাদি ফরিমক্তা থক্লমদে, হাইফেৎ নুংশাথীদুনা হায়রকই "করিগীনো?"

সিদ্ধেশ্বরীনা হায়রকই, "মদু করিগী তৌরোই— মঙগী থশ্মায় নুং পামত্রা শৈলজা? মঙগী চকুমদগী কনাসু অতুলগা শন্নমিন্নবিরে, কৌবা ফাওবা কৌনবিত্র— মতো কমদৌনা অঙাংদু থাংদুনা লৈরিবনো হায়য়ু? অদুগা অমুক-মুংখিল চুপ্পা শুকথদুনদা লৈরবা মচানুপাগী মশক য়েংদুনা কয়া মমা-মপানা মক্কনসিদা লৈথা ঙমথিগদবগে? নত্তনা মদু ওইরবদি মখোয় য়ুমসিদা লৈহনবা পামদত্রা শেংনা হেক্তা হায়য়ু?"

ময়নতারানা হায়রকই, "মদু ওইরবদি মাইকৈ পুন্নমক্তা মৌ অতোপ্পীগী য়ুইথবা ওইরবা য়াই।" শৈলজানা বাসি মনাদা হাপ্পে।

শৈলজানা হায়রকই, "অসিগুম্বা অঙাংগ। ঐ য়ুম অসিগী কনাগুম্বা অমত্তং অমঙগসু তৌন্নহনবা পামদে ইচে। মহাক কয়া শাথীনা লমহেনবগে হায়বদু চিন্দা হায়নিংঙাই লৈতে।"

ময়নতারা অমুক থাংবা ঙম্লক্তে। শাউরবা সিজ অমোমগী মত্তৌগুম মঙক থাংগৎতুনা কাপ্লকই, ইকাই-নাইদবী, মমাগী মমাংদা ঙঙনা অতুম্নককা মচাবু নিন্দা তৌরবা পারি! চংপ্রা চংলো ঐগী কাদগী নউন খোক্লিঙেদা।"

"ইশানা চংশিংহন্না কৈদৌঙৈদসু নহাক্কী ক'দা চংদে ইচে-য়াইমা। অদুবু নহাক্না অসুম্না উং-ঙ হৈনা থুগাইহন্না নচা মাংহন-হনগদৌরি।"

অসি হায়রম্লগা শৈলজা কাহ্ থাদোক্লুনা চৎখ্রে।

সিদ্ধেশ্বরী ফমা ফুইরবা ফাওবা নুংশংনবগী মতৌগুম ফমহন্না লৈ। করি তৌগদগে, করি হায়গদগে খনদনা করম্বত্রা থোক্লে।

নয়নতারা হঙ্জহৌদনা কপথে রক্লে, হায়রকই, ঐখোয়গী মায়া-মমতা থাদোকপিরো ইচে, ঐখোয় চৎচখ্রগে। মখোয় পোকপিরবা মচিন-মনাওনি হায়রহন্না নহাক্না মতৌ অসুম্না ঐখোবু থাদহন্না থম্বিরিবন; অদুবু মো অতোপ্পীনা শুপ্নাম পাম্বা নত্তে—ঐখোয়বু য়ুমসিদা হৈ বসি।"

সিদ্ধেশ্বরীনা রা অসিগী পাউখুম পীদনা হায়রকই, "মখোয়না হায়রিবদু অতুংনা তৌবদা করি কায়বগে, মাসু লাংদবা নত্তে মৌ-ম্নাইমা!"

"ঐবু হায়জরম্বা— মমা অচুম্বা তৌই হায়মা ইচে? মবুদ্ধি-মরৌশিং লৈরবদবু কননা য়ম্বা অংলদা চৈ-থাংলুগনি। মরম, ঐনা মাগী ওইনা ময়ামগী মফমদা লাংলে হায়জরগে।"

অসি হায়রগ নয়নতারানা কুস্থহন্না খুরুম্লগা হায়রকই, "মাবু নখোয়না তাকপিরো ইচে, মাগী মশক উবদা থম্মোয় কায়গদৌরে।"

অসি হায়রগা নয়নতারানা কুস্থহন্না খুরুমগনবগী তৌরকপ-মক্তদা সিদ্ধেশ্বরীনা মখুং তিংখোক্লুনা কোন্শিল্লগা মপী তৈথোক-পিরক্লে।

শিদ্ধেশ্বরীনা হায়রকই, "মহাকথক্কীদমক মণিমা অতুলবু অহুক শাথীনা কুদংশিল্লিবহুনি। মরাপমা হুবিরে, মনাওনহু চৈত্র—লোইরগে, মামা শাংথহল্লিবদি করিগী! অমুক অঙাং-শিংদা কৌনহন্দমনবা ইনাশিন্নবা করিগীনো? ঙসি মপিগা হরিগা কৌশিল্লগা জ্ঞান তামবা তকপিযু— মখোয় অতুলগা কৌননবা, মহু নত্রবদি মখোয় চংখিবা তাবনি, মহু ওইরবদি কৈরোই-লৈকাইনা ঐখোয়বু থীনা ঙাংনগনি। ঙশেংবমক্তি মো অঙোম্বীগী হাক্তকীদমক পোকমিন্নবা ইমাও কায়নবা ঙম্বিকম থোক্রেমা!"

"মহু কদায়দগী য়ানি!" হায়রগা গিরীশ চখোম হুকই।

"কারে, ইনাও-ইবুংঙো অঙোম্বসি করিঙ্গসা মতমদমু শেল করিমত্তা তাম-লাক্ররোইদ্রা? মাক্তো অস্থুম তোহনা মতম চুপ্পা লেন্নগদ্রা?"

মপুরোইবগী রা হোৎদোরকপমক্তদা শৈলজা মথুবাক্তা মনাকোং মেন্দুনা তুম্মিমা থুনা য়াংনা চংলে। য়ুম্বুরেম্মা করি হায়না পাউখুম পীরকপগে হায়বা তাননগীদমক ঙাইরুবা ঙমদ্রে। মমাকোং থাজংতুনা অশিঙ্গুম্বা রাকম অসি মহাক্তা করিঙ্গুবা লুমিত্তম্নু ঙাক্লদে অমম্ং ঙাশিংবগী অপাম্বম্নু লৈক্লদে। মরমদি, মাগী থম্মোয়দা তশেং-তশেংবা চিংনজবা লৈ. মাগী মপুরোইবগী মরমদা নৈনবদি তাবদা লুংঙাইতবা রাকম মত্তনা অতৈ করিসু ওইরোই। অহম ওইনবক অচুম্বমু মহাক্লা মতম চুপ্পদা পামইজা। অহুনা

অকনবগী ওইরসন্থ ফত্তবনু ওইরসন্থ ঙাংবা নত্রগা। তাবদা করিগুম্বা হুমিত্তগী মহাক্কা লিংহন্নরকবা লৈতে। অহ্নু মপুরোইবগী মরমদনি কমদৌহনা মহাক্কা মাগী মহৌশাগী ওইবা স্বভাব অহ্নু থুগায়খিবনো হায়বহ উবদা লুমা থোকই।

## মঙা

সিদ্ধেশ্বরীনা ফনা শাউহনা মপুরোইবগী মকমদা থাকংশন্থ ওইসন্থ, শৈলজা থুনা-য়াংনা চংখিবা উবদা মহাক অমা তারক্লে — খোদো অহ্নু থোইদোক্লা হেক্তিনমনে! মপুরোইবগী থা পলবদি শৈলজা মথরায় লুংঙাইজদে অমস্থুং ঈকাই-খুংশি য়ায়বগী তথৈ নাইদে হায়বা মহাক্কা থজই।

মাগী মুখ তুম্বিন্না লৈখিবা উবদা য়ুম্ফুরেম্না মমাই মোনথং-তুনা য়েংলকই; অমস্থুং হায়রকই, "ঐ মক্তিক চানা তাদে।"

অঁসি হায়রবগা চাক চাবা লোইশিন্দুনা কা চাবগী চৈমক অহ্নী মন্নুংমক্তদা পুম্নমক কাউথোকখ্রে।

সিরীশকী স্বভাব থোইদোক্লা অতকপা মওংনি। কোট কেশ মত্তনা করিমত্তদস্থ মহাক্কা মপুক্লিং চংলুবা লৈতে। য়ুমদা করি থোক্লিবগে, কনা লাকপগে, কনা চংখিবগে, খরচ করা চংলিবগে, অতাংশিং করি তৌবিধগে, করিগুম্বা অমত্তদস্থ মহাক্কা খিজিন্নুবা লৈতে। শেল তানবা অমস্থুং অক-বন্তা থাকম পুম্নমক্তা

ত্রুম্বিং য়ুংবা মতুংদা চাকশঙদা সিদ্ধেশ্বরীনা কয়া হায়হৎলদু কয়া য়েংবহৎলম্মু শৈলজাবু মাহনবা ওমত্রবদা শাউরক্লুনা হায়রকই, "মঙগী মপুক্লিংগী বা শেংবা শং হেক্তা হায়দোকউ, মৌ-মাইমা চৎচখিসন্নু হায়না।"

মহৎগী পাউধুম ওইনা শৈলজানা মমাই মোনখৎতুনা অহৎকং য়েংলকই। মিংয়েং অহৎদা সিদ্ধেশ্বরী খোইদোক্লা শাউরক্লে; হায়রকই, "পোকমিন্নংগা মমাংঙবু ভাস্থোক্লগা মখোয়বু কোন্দুনা থম্বা, মহৎদা মীনা ঐবু থীনা তাংখৎপসন্নু। ঐগী য়ুমসিদা পুকচেল-খোইজেল ভীমনা লৈবা ওমলবা ভাবরবদি খুদোংচগদবা মকম থিহৎমা মংখায় চৎংগ্রা—ঐ অমুক থাংবা ওমত্রে। মখোয়দগী হেন্নদি ইথেম্মা, অখোয় মক্লবা মরি মত্তে।"

অসি হায়রগা সিদ্ধেশ্বরী হৌগৎতুনা লেপখৎলক্লে। মহাক্কী মপুক্লিংদা আশা তৌরবা মাই, হুন্নক্তি শৈলজাগী খমোয় পেৎথরক্লগম্নি হায়না। অদুবু শৈলজানা করিঙ্গুনা পাউখুম অমত্তা পীদনা মমাই খুমহৎনা কপ্ত্রুনা লৈথোকখ্রবা মতমহৎদা মহাকে ক্রুংখংবক মাহা শাউরক্লুনা হৌগৎতুনা চৎখ্রে।

ত্রুম্বিৎ য়ুংবা মতুংদা ব্রহ্মক্ষেম অহল চাক চাবা কয়রবদা সিদ্ধেশ্বরীনা হমাই হম্না হম্না মপুক্লিং খুংঙাইতবনা বাখোৎনা খমোয় হূদগংলক্লুনা বাকয় অহুমক কাংথোক্লকই; হায়রকই, "মৌ-মাইমাখোয় য়ুমসিদা লৈবা অমুক ওমত্রে হায়বা উয়ে। ওদি অমুক্তগী মপোং-খচে মোন্না হৌরে।

শিখীশনা মমাই মোমখৎলক্লগা হংলকই, "করিগীনো?"

সিদ্ধেশ্বরীনা হায়রকই, "মশামা তাবমি। মতৌ অস্নুম্না মৌ অতোম্বীগা মীংকুপ অমা ফাওবা তৌরবা য়াত্রে, অদুগী মথক্তা মৌ-অতোম্বীনা ইমুংগী অচাং পুম্নমক্তা ইমশিন্দুবা কনানু অতুলগা কৌমহন্ত্রে। নুপামচাদু থবিং থরনিদং অসিদা মমাং কংত্রিক কংদ্রে।"

মতম অসিদা শৈলজা শঙ্গোম গিলাস অমা পুদুনা থোঙজিল ময়াদা চংলক্লুনা লেপ্লয়ে অমসুং মফি-মরোল অমুক সিংখিনা শেমজিল্লগা ইমুংদা চংলক্লগা পুথম ময়াদা গিলাস থনম্লগা থোকখ্রে।

সিদ্ধেশ্বরীনা মহাক তানবা হায়রকই, "মৌ-অতোম্বী অসিমি—" হায়রগা য়েংলকই।

শৈলজা মমিং পল্লকপা তাবদা মরুমদা লৈশিন্দুনা লৈরে।

মাইকৈ অসোনবগী দোষ ফমঙু চাউসন্নু, অদুগ অমদি মাগী মমাগী অরাবা উবদা সিদ্ধেশ্বরীগী মমা গৈরীগী থম্মোয় পুক্তমক্রবনি। কবিগুবা মওং অমদা ওইরবসু লোইশিনখ্রবদি মহাক হিঙ্গনি। অদুবু শৈলজাবু কবিগুবা মওংদবু থেমজিনবা য়াত্রে হায়বা উবদা মহাক্কী মশাদা মৈ হৌরক্লবনি। অদুনা ওসি মহাকপু চৈয়াক পীনবা মহাক থাংচেং লাংকথংখ্রবনি; হায়রকই, "শৈলজানা মচিল-মনাও মশেল য়েংখিনহল্লিবনি, চাউরক্লগা মখোয় মশেল চৈ পায়নহনা হাংবা-তনবগদৌরি—মসিবু ফত্রা?"

য়ুম্নুমেমা চখোম মোংশিল্লগা হায়রকই, "য়াম্না চুমদনবি।"

'হোয়' 'মাই' হায়রুবা মশাগী মত অমত্তং ফোংদোক্লুবা মথোদাং পাংথোকই।

ময়ম অহনা মতিক চানা ঙাঙ্গে হায়রুবা য়ুম্মুরেম্না য়ুম্মুরেন ওইবগী মথোদাং লোইশিল্লগা মপালদা থোকখিবা মতম অহদা সিদ্ধেশ্বরী বা অমত্তা ঙাংদে; কনাদা ঙাঙ্গদোরিবনো— করিগী ঙাঙ্গদোরিবনো— হন্বা ফাওবা য়ংদে।

ময়মতারানা থংনবা কাদা মমা থাঙ্গৎতুনা পুম্নমক তারম্মী, মত্তেগা মচেহল্লগী বা তাবদা মপুক্কিং হরাওনা চংঙ্রে।

অহবু ।মানট থরা লৈরগা হল্লক্লুনা লাক্লগা হায়রকই, "অহম্না কমহুমা লৈরিবদি করিগীনো ইচে, মতম থেংঙ্রে, চথোম অনিদং চাক্লরসি।"

সিদ্ধেশ্বরীনা হায়রকই, "মতম থেংলিবদি কদায়— পুং তরামাথোই তাবদা মঙাইহিরি।"

"পুং তরামাথোইবু ঙাল্লিত্রনে ইচে? হকচাং ওমনবা অহুদদি পুং মাপলগী মমাংদা চাবিহোবমা হকচাংদা কাম্নগদোরিবনি।"

সিদ্ধেশ্বরী হৌজিক চাব-থকপগী রারী শাবা ইহৈ হৈনিংদে। হায়রকই, "এদি অম্রক ওম্না কৈদোইঙদম্নু চ'দে—এগী চাক চাগদবা মতম থরা রাংলি।"

নয়নতারানা থাদোক্লে, মমাক্তা চংশিল্লক্লুনা মথুং পায়রে। থোঙ্জেলদা মুংশিনা চেলহন্দুনা হায়রকই, "মসিমক্তুনি হকচাং অম্নক হাক্লা শোন্দ্রক্লিবসি! এ লৈনা লৈনা এনা পুং মাপল লান্থোকহল্লগদ্রা? নহাক হিংত্রবদি কমদোনি ইচে, এখোয়দগী

মাংজবনি। চংলসি, অমবু ওইরবত্রু চখোম অনিদং চাহ্নমা হকচাং খিত্তং ফগৎমখা হোংমসি।"

ময়নভান্না পা অনরে'ম কাররক্লে মকম অসিদা লাক্কুনা লৈররিবা; অমস্তুং মখুৎমক্লা চাক-চা কিদা থাহ্নমা কমহল্লগা যামোম পূজা'রিবু চাক শেমহল্লগা মশামক মনাক্তা কম্লয়ে।

নিরামিষকী মাইকৈদমা শৈলজানা খোং-থাকই। মো-য়াইমনা মৈলাম্বরী কৌরগা হায়রকই, "নখোয়গী নদোমচাদা চাকখুম অহুদা কন্নি কন্নি খোং-থাকপগে পুরকউ হায়রুচো।"

মিমিট খন্না লৈম্নগা শৈলজানা ইঙ্খাংচিংবা পুরকুনা সিদ্ধেশ্বরীগী মমাংদা থমম্লগা ভুম্মিন্না থোকখিগদবগী তৌরকই। মতমহুদা সিদ্ধেশ্বরীনা মো-য়াইমদা খোঙ্জেল মি মি লাউনা হংলকই, "মখোয় ফম্লপ্রিব্রা কন্নিগীনো মো-য়াইমা?"

মো-য়াইমনা হায়রকই, "ঐখোয়দি নহাক্কী নত্তোগুম শিগদৌদ্রি ইচে। নহাক্কুম চ'খো, ঐদি নহাক্কী পুখমদা কমগদৌরিবনি।"

মহাক্লা শৈলজাদা থানা য়েংহ্নমা কা হেন্না খোঙেল হৌনা হায়রকই, "ঐনা হিংলিমখৈদি ঐখোয়বু লৌনম তৌহ্নগা মহ'ক ভাইবংপান থাদোক্কুনা চেলহনখিরোই হায়বা হায়হৌরিব-সিনি।" লেপকক ত্তৌহ্নব। মো-অতোম্বী কয়া য়াম্না লাপ্না চংব্রবগে হায়বা য়েংলগা হায়রকই, "মখোয় অনি গোকমিম্নবা মচিল-মনাও ওইবগুম ঐখোয় অনিস্থু ইচিল-ইমাওনি। কনা লাপ্না লৈকহুনস্থু ইচে, ঈ মরিগী লিচিংবা ঐ নহাকীদমক কল্লদা শিগদৌই,

অদুগা অতোপ্পা কন্না অদুম্না পী ত্ৌগদগে? মীতোপ্পবু ঐখোয়গী কাম্লবা তৌহিরগদ্রা. অদুবু ঐনা মন্নংদা কন্দবা শিন্নগনি। নহাক্না হায়রিবদায় ইচে, ঐ মতম্না নহাক্কী মী অতোপ্প কমা লৈতে— ঙসি অহু করিগুম্বা নুমিৎস্তু কাউবিগনু।"

সিদ্ধেশ্বরীনা পীরাংনা মহৎলবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "মদুবু কউবা য়াত্রনে মে-য়াইমা? নহাক্কমখে ঙুবু শকখঙবা ঙম্লদবগী চৈরক ঈশ্বরনা ঐহোন্দা পীবিরে।"

মৌ-য়াইকম্মা মফি ফিজিনা মপী তৈথোক্লগা হায়রকই, "চৈরক পুম্বা ঈশ্বরনা ঐঙোন্দা পানবিবা ওইসনু, ইচে। দোষ খুদি মক ঐগীনি, ঐমক্না নহাকপু খঙজবা ঙম্মু্রে।"

ঙাইহাক্তং লেপকক তৌরগা মহাক্না অমুক হায়রকই, "ঙসি করিগুম্বা খঙবা ঙমবসু, ঐখোয়দি নহাক্কী খুয়া-উচুল ওইবা ফাওবা মতিক চাদবনি হায়বা, অদুবু কন্দোনা খঙলুগদগে ৱাকমহু ইচে? নহাক্কী নাক্না লৈদুনা নহাক্কী সেবা তৌজগনি, ঈশ্বরনা মহাক অদুদি ইহোন্দা খঙহনবিবিদে। ঐখোয় মৌ-অতোপ্পগী মমিং নাবা মীশক ওইরে।"

সিদ্ধেশ্বরীনা মপুক্তুং নাংতকুনা হায়রকই, "অহু ওইরবদি মচা-মপা পুদুনা খুঙ্গংগী য়ুমদুদা লৈজরুরসনু। ঐনা মখোয়বু অমুক মচা-মপা হাপ্তোক অমগা তত্ ও তহাৎবা ঙাক্না পীজদুনা থাকথিগম্না ইশাগী মহৈহন-তত কহজনবগীদমক? মখুড়ামা পোকপা মমাও, মন ওগী মে, মখোয়না পোকপা মচাশিং— অসিনিদনা মরি হায়বনু। কয়া থাক্লে, কয়া থোলে— অমুক ঙম্মরোই;

মীনাই-মীশলগুন মখিং উইশিন্দুনা ঐগী য়ুমদা লৈবা ঙম্লগা লৈজসন্নুং, মত্রগা চৎচখ্রসনু।"

থোইনা লাপ্তুনা থেঙমন পায়রুনা শৈলজা লেপতুনা লৈরম্মী, সিদ্ধেশ্বরীনা মতু মমংদা ফাওবা ঙম্মুদে। খঙহৌদনা মহাক্কী শাডীগী পাক্লবা অঙাংবা ফিবান্দু মৈদীগী মতৌঙুম মখিংতা উম্মকপমক্তদা সিদ্ধেশ্বরীনা চেপথরুনা য়েংলকই, মনাক্কী থোঙবাদা পায়রুনা মহাক চপ য়ুংনা লেপতুনা ঙাঙায়মখৈ ঙাংদম্মিবতু তারম্ম।

মিংকুপকী মতম দা মুংশাগীবমা সিদ্ধেশ্বরীগী অরাম-খোরাংবা খংকোক কোকখ্রে; অমসুং মহাক্কী খ্বাইদগী মকুবা মরিমি হায়খ্রিবা মৌ য়াইমদা পূম্নমক ইন্থোক্লম্লগা মহাক অতোপ্পা মফম কদায়দনো হৌরুনা চেংখিবা ঙম্রাদি থোঙচৎ অসিদগী হিঙ্গদবগুম— মহাক্না অসুম্না খল্লকই।

মৌ-য়াইমনা মপুক্কিং য়াম্না লাতক্লুনা হায়রকই, "করি তৌরবগে ইচে, থুংডমক চংলি, চাক্কি চাবিত্রবা।"

সিদ্ধেশ্বরীনা বাখৌবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "ওকএ।"

মৌ-য়াইমনা হ য়রকই, "ঐবু হাংপা প'প পুজখি ইচে, চাখোম অনিদংগা চাশনদিখো।"

মহাক্কী বাহু লোইহনৈরমক্তদা সিদ্ধেশ্বরীনা ক্রং শাউরক্লুনা হাযরকই, "করিগীনো ক মদবা ব যাম ঙ লিবা মৌ-য়াইমা, ঐ চারবোই — ইমা দগী চংপিখ্রো চংলো।"

অসি হায়রগা খঙহৌদনা পুথমতু ইন্থোক্লম্লগা মহাক ফুব হৌগৎখ্রে।

নয়নতারা ময়া কাহুনা উনা শাবা লাইগুম তত্তক-তত্তক য়েংহনা লৈরে, মহাক্কী মচন্দগী রাহৈ অমা ফাওবা থোরক্রে। অহুন্ চময়হনা মশাগী মাংজনবা থৌগদবা মীশক্তি নত্তে। সিদ্ধেশ্বরীনা হৌগৎহুনা চংশুগা চিন থেংনা ফম্মুরিবা মফম অহুদা চংলগা মহাক্না মচেগী মথুং পায়হনা মোল্লুকপা খে হজশদা হায়রকই, "অহুবগী কবিগুপ্তা অরানবা য ভাংখি-শকখিবা লৈরবদি ইচে, ঐবু ভাকপিয়ু। নহাক্কী নংথাঙদা ইরাইবক তগায়হনা শিজগনি।"

সিদ্ধেশ্বরী মশাগী মফমদা ঈকাইরদে। হজিন্নরুগা অতত-মথৈ মনা-মনিল নাইদনা চারদে। অহুবু মশাগী কাদা ফম্নবদা থোইদোক্না মাইথং মকশিন্না থন্নকই, ইসি মহাক্না শৈলজাদা অহুক শাগীনা মৈশা লাংহনখ্রিবহু কৈদৌহুননো? অহুগা মহুগী অতাবী চৈরাক্কী মশক ওইনা নানা হন্দক্তি মাগী চয়াহেনবহু হৌররুগনি হায়রদসু মহাক্না হগুদবা শন্না অমত্তা লৈহত্রে। মরম অহুনা নুংথিলদা নীংশ্বরীদা হংবদগী তারে, মমাংতাম চাক চাবা ফমহৌই, মতম অহুদা মহাক কয়াগী মাত্তিক হরাওজবগে হায়বহু তম্বা ওম্বা নত্তে, অহুবু ইকশীস্নু ওমথৈ অমুম লৈহিত্রে। শৈলজানা মহৌশাগী হৈনবা থাদোক্তুনা কমদোমা ইংগু খঙহোবা অহুক তপ্পী অমসু ওকপাইহবী ওইরক্লিবনো হায়বা কবিগুপ্তা মওংদসু মহাক্না লাম্বা ফংখিদ্রে।

গিরীশকা হরিশকা কোর্টতগী কুম্নক্তুনা সন্ধ্যা মতমদা কবিগুপ্তা থম্বা চাগ-থক্কদবগী ফম্নদে। সিদ্ধেশ্বরী থাপ্লপা মাইথোং মক্না ফমহনা লৈ—ওসি মাগী পুক্নিং-হকচাং কয়িমত্তা হৈনিংদে।

মুমুরেম্বীগী মাইথোং উক্কবমক্তদা গিরীশনা অয়ুকী রা থঙনিং নিংশিংলক্লে। রাফম পূম্নমক মিংশিংদসন্থ, রমেশপু চৈগদবনি —মহু মিংশিংলক্লে। থোঙজিন ময়াদা নীলাম্বরী লেপতুনা লৈরম্মী—খুদক্তা য়াথং পীখি, "মঙগী কাকাতোন্দু কৌরকউ মীলা।"

সিদ্ধেশ্বরীনা মপুক্কিং থোইমাং-থোইশাউদনা হায়রকই, "বাবু অমুক করিগীমো?"

"করিগীনো? বাবু মতিক চানা বায়রকপা দরকারনি। ফমদেংহুমা লৈত্তনা মা ওক্কু মঙায়রে।"

হরিশনা ইংরাজীদা হায়রকই, "অপঙবা কোক্তি শমতামগী কারথামাম্নি।"

সিদ্ধেশ্বরীদা য়েংহুনা হায়রকই, "নত্তে—নত্তে, ইচৈমবেম্মা, নহাক্লা বাবু অমুক য়োকখৎপিরমু—মা অঙাং নত্রে।"

রমেশ মতমহুদা মুমদা লৈ—ময়াম্বা অহলনা কৌহল্লবা অহুদা তপ্পা-তপ্পা চংলক্তুনা লময়াইদা লেপ্লরে।

গিরীশনা মঙোন্দা য়েংহুনা হায়রকই, "অতুলপা মঙগা থংনৈ হায়বদি করিগীনো?"

রমেশনা হকচাম্নমা হায়রকই, "থংনবা!"

গিরীশমা অশাউবা থোঙোক্তা হায়রকই, "তশেংনা থংনৈ।" হ'য়রগা য়ুম্বীরেমবীদা য়েংহুনা হায়রকই, "মতৈমা অহলনা হায়, লঙনা মচিন্দা থোকপা পংঙাং ঙাংহুনা চৈ-থ ংখি হায়মা। মতৈমনা ঐহে ন্দা মীদম্বা ঙাদত্রা?"

রমেশনা চঙক্লমহুনা সিদ্ধেশ্বরীগী মাইথোংদা য়েংলকই।

সিদ্ধেশ্বরীনা হংলকই, "অঙাও লাই চুবিরবা কৈনো! ইমাও-ইবুংঙো অতোম্বনা অতুলদা চৈ-থাংই ঐনা কৈদোইঙৈ হায়রবগে?"

হরিশনা চুমথোক্লুনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "নত্তে—নত্তে, মহৃ মৈ-অতোম্বী মনি।"

মতমতুদা গিরীশনা হায়রকই, "মৈ-অতোম্বী মদি কৈদৌবগী চৈ-থাংজদৌরিবগে হায়রু?"

সিদ্ধেশ্বরীনা অহুম শাউরংনা হেংত্তুনা হায়রকই, "মানা কৈদৌবগী অতুলদা চৈ-থংলুগনি! ইমাও-ইবুংঙো অতোম্বদা ঙাকবিরিবা কন্নিগনো?"

গিরীশনা হায়রকই, "হয়ে, মহাক্ত ওইজরসন্নু, অহুবু নঙসে অসুক্কী মতিক মীক-মৈচিঙ্গি ওই মহাদি, শক্তিক সপ্তাই তৌবনি হায়দুনা লুপ্পা লিশিং মরি মাংহল্লুরে, অহুবু ব গাঞ্জারগী থাংখোয়গী হেউ। শক্তিক অহুমক সপ্তাই তৌবদ ক্রোড়পতি ওইরিবনি।"

হরিশনা ঙক্লুনা হায়রকই, "শক্তিক সপ্তাই তৌবদা?"

রমেশনা হায়রকই, "নত্তে ঙাক্তা লিমোন্দনি।"

গিরীশনা শাউরক্লুম হায়রকই, "ঐ মখোয়গী উকিলনি—ঐনা খঙদবা, নঙনা খঙবা! শক্তিক সপ্তাই তৌহনমক্তি মখোয় অচোবা মী ওইরিগা। বিলাত্তা শক্তিক জহাজ মপোং মপোং থারিবনি!"

হরিশ অমসুং রমেশ মখোয় অনিমক তুম্মিন্না লৈ।

গিরীশনা মখোয়গী মাইথোং য়েংলগা হায়রকই, "নত্রগা লিমোনগী কারবারসু ওইরসনু। লিমোনগী কারবার অহু তৌদুনা

মগুবু লুপা। চাম্ম-চনি ফাওবা তান্দুনা পুশিল্লকপা ঙমদ্রবা? মখোয়বু ঐনা পুন্সি চপ্পা লেমথক কাক্কুনা থম্বা ঙম্বা নত্তে। মশা নরোমদোম লেপ্চবা ঙম্মনবা হোৎনগদবনি। অদুক্তুং লুপা লিশিং মরি মাংখ্রে মাংহনখ্রনু। করিগুম্বা বেম্বা লৈত্রে—অমুক লুপা লিশিং মরি পীগে। অদুগা লুপা লিশিং মরি অমত্তুক ফাল্লকপা য়াই হায়রবনু ঐনা শিগদমখৈ তাঙ্খুমগা নঙনা ফমদে হুনা চাগদৌরিব্রা?"

হরিশ থোঙ্গনে ক্লা মপুক্কিং ওনশা উরক্লে, খোঙ্জেল পিক্না হায়রকই, "থবক পুম্নমক তম্বা তবনি। মহৌ নঙনা তিমেনগী কাংলার হেক্তা তেংবন্দ কাগ্লরাই। হন্না হন্না লেপ নাইহনবগু চুম্বা নত্তে।"

গিরীশনা খুদক্তা মানিংহনা হায়রকই, "চুমদবনিদে। ঐ লিমোনগী কাম্মায়-লুংবার ভাব তাদে, অদু হায়দগী শাক্তিক মপ্লাইগী থবক তৌগনবনি। অমুক্তা বাংকগী লুপা লিশিং মিশাল লৌথোক্লগা পীগনি। লুপা লিশিং মরি শক্তিক কারবা মদা থাদগনবনি, অদুগা লুপা লিশিং মরি অমনা অমা তৌগনবনি। থ দরিবা শেলফম অতৈ মখুবনদা থম্লবা শেলফম অতৈ শেলকদনি—মতৌগী মমাংদা য়ারোই। তাব তাবরা? ঐ নখোয়বু ফমদোংজন্দুনা থকপা ঙমরোই—চংগ্রো য়াম্ব।"

রমেশ তপ্পা তপ্পা খোকখ্রবদা হরিশনা মঙক হাইরহনা হায়রকই, "লুপা লিশিং নিপালহু ঈশিংনা থাদক্লবনি হায়বা লৌবিরো। করি হাইনগে ইতমা?"

সিদ্ধেশ্বরী কুম্মিনা লৈ।

পাউথুম ফংদ্রবদা হরিশনা ময়াম্বদা য়েংদুনা হায়রকই, "শেল তশেংনমক মঙোন্দা পীবিবা তারিব্রা ?

গিরীশনা ঙকুনা হায়রকই, "তশেংনমক হায়বদি করিনো ?"

হরিশনা হায়রকই, "নুমিৎ অহুগী লুপা লিশিং মরি অহু ঈশিংদা থাদফ্রে, অমুক্তমু সুপা লিশিং নিপাল ঈশিংদা থাদবনগদৌরিবা, মসিদি ঐ খনবা ফাওবা ঙমজদে।"

গিরীশনা হায়রকই, "মহু ওইরবদি নঙনা হায়রিবসিবু কমদৌ হায়রিগনো ?"

হরিশনা হায়রকই, "মমেশপু কারগার হৈব্রেনে দাদা ? লুপা লিশিং নিপাল পীরবস্তু, অহুগা লুপা লাক্ষ নিপাল্বু পীরবস্তু দৈশা নিপাল হল্লহল্লকপা ঙম্লেই—ঐ করিনো খানবা ঙমগনি। শেল অহু তান্দুনা অমা তৌশিল্লকপদা মতম কয়া শাংনা চংলকখিবগে অমুক্তা খল্লহুমা য়েংবিয়ু!"

গিরীশনা থুদক্তা য়ানিংহন্না হায়রকই, "অচুম্বনি অচুম্বনি, হায়রিবহু অচুম্বনি। মঙোন্দা শেল পীবগী অর্থদি ঈশিংদা থাদবনি, অচুম্বমক্কি। মাবু অমুক মী অমা ওইনা শিংথাখিগদ্রা ?"

হরিশনা তাঙা ফংলহুনা হায়রকই, "মহুগী শরুপুদি খোইদোক্লহুম সার্ভিস অমা তৌহনবিগ্রে। মানা মামা ঙবা সক্তিগী মতিক মঙিক চাবা খবক তৌগদবনি। অঙাং লাইরিক তাকহনবদা ঐনা মাস্টরদা লুপা কুনমঙা পীরি, খবক অসিমকস্তু মাবু তৌহনবা য়াই। শেলফম অহুদং ইন্দুংদগী চথে কহমথিব্রবস্তু ঐখোয়দা মতেং খরমথৈ ওইগনি। করি হায়বগে ইবৈমা ?"

অদুবু মতৌ তমমা পাউখুম পীরক্লিরৈগী মমাংমক্তদা গিরীশনা হরাওদুনা হায়রকই, "কৈ কৈ, অফবা ৱাফম্মি হায়রিবদু হরিশ। অপঙবা য়োংগী মতেং লৌদুনা রামচন্দ্রনা সমুদ্র পন থিংহৌদনা!" মাগী মুপীরোমদা ওমশিন্দুনা হায়রকই, "উরেদনা মো-অহল, হরিশনা কয়াদা চুম্না হায়রিবা। মানা অঙাং ওইরিঙৈদগী হে না ঐনা তত্তনা উররুবমি, মহাক মবুদ্ধি-মরৌশিং লৈ হায়বা। তুংগী ৱাখল অস্সুক হাক্লা থনব ঙম্বা কনা লৈতে। ঐদি থিত্তনা অদুক যাম্বা শেলয়াম অদু অরেম্বদা মাংহনয়গদবমি। হয়েং-মক্তগী হৌনা রমেশপু অঙাংশিং লাইরিক তাকহন্দুনা য়েংউ। পাউ-চেদা মহম মাংহনবগী কায়বা লৈতে।"

সিদ্ধেশ্বরীনা হায়রকই, "শেলফমদু অদু ওইরবদি পীবির-য়োইদ্রা?"

"শুপ্নী পীররোই। মঙনা হায়রিবদু করিনো, ঐনা মঙোন্দবু শেল অমুক হন্না পীখিগদ্রা?"

"অদু ওইরবদি অদুম্না হায়গ্রিবদি করিগীনো?"

হরিশনা হায়রকই, "হায়দোকপ্রে হায়দুনা পীদবা য়াদে হায়বগী করিগুম্বা অর্থ অমত্তা লৈতে ইতৈমা। ঐ দাদ'গা পোকমিন্নরা মনাওমি, ঐগীসু য়াম্নিংবা য়ান্নিংদবা হায়বা অমা চংহৈদমা! ইমুংগী শেল মাংলবদি ঐগীসু মাংজবনিদনা!"

"মদুমক নখোয়গী শেংলবা ৱ কম্না ইনাও-ইবুংঙো?"

অসি হায়রগা সিদ্ধেশ্বরী শাউদুনা হৌগৎখুদনা চৎপ্রে।

# তরুক

সিদ্ধেশ্বরগী সেবগী তার ময়ং তাঙ্বামা লৌরে। সেবা অতু অসুক্কী মতিক অচৌবা থমদনা হুপ্না শেম্লে মতুদি, মতুদা করিগুম্বা অহোবা তশেং অমত্তা লৈতেংমা। অতোপ্পা কনাম্বু মনাক্তা লৈশিল্লুননবা উপায় লৈতে। সিদ্ধেশ্বরীনা অণিগুম্বা সেবাসি চহি অসুক য়াম্লক্লবসি ফাওবদা কনাগী মফমদগাম্বু ফংলক্তে। অতুম ওইনমক মহাক্কী পোৎ কম থজদ্রা পুক্কি মা মতম চুপ্পদা শুপ্নগী তৌশিন্নখিবা হায়মা লৌতুমা থংনমবগী পেন-শাতুনা লৈ, অপ্পা রাফম অসি ঈশ্বরদনদি থজলিগনি।

মোংমা সিদ্ধেশ্বরনা থা তরুক কুম-লায়না চেন্নুরবগুম তোলহাইমমা চাকশঙগী মাংঙ্গালদা কাখৎলক্লগা চেক ফখখয়রে। নুংশা মশী অমা হেন্দোক্লগা চোকথরবা শোয় হোনজত্রবা খোঙলনা ওইরবা য়াইম দা লৈরিবা ফক্লাংদা অতম্বনা হায়রকপা, "ঐগী মীনি হায়বা য়াই মে-য়াইমদদি, মবু লৈরমত্রবদি ঐ ইমুং কাচিন্দা শিতুনা লৈরমগনি হায়বা থজলে। অসুক মিংথিনা সেবা-সুবা তৌবিব দ ঐগী ইমামক্কী গর্ভদগী তাবা ইনাওনুপীনা ফাওবা তৌবিরে ই!"

শৈলজা কা মনুংদা চাক থোংলি, পুম্নমক তাই। মুমিৎ থরনি অসি হৈহাক মচে-হনংগী কাদা ফাওবা চংলুদে, মহাক্কা য়া তাংলু-শকলুদে। হৌজিকসু তুম্মিন্না লৈ।

সিদ্ধেশ্বরীনা অমুক হৌরক., "অহুগা ম তোপ্পা চাং থাকপা ফিজেং থে নবসিদি সমুদ্রদা লৈতুম লান্নমি – উংতা ঘি হৈবনি। খুদোংচাদবা মংমদা করিগুম্বা থবক অতৈদসু পাংথিরবা লৈগোং নত্তে। অহুগা ঐগী মো-য়াইমসি তেংতদো। বা তাংলুনিংজাই লৈহন্দে, শোং শোং হেক্তা মরক্কই। ঐনা খোঙ খিঙং কন্না থাবদা মাগী থম্মোয়দা পাঞ্জরিবনে। ঐগী লাই.কনে ওন্থোক্তা ফংখিদ্রে মহুদি, অসিগুম্বা মীশকপু ঐনা মীগী নংরোল লোহুনা মীতোপকুম থল্লম্ম।"

শৈলজাগী খুজিগী মপোল, থাবৈ ওংলাগী মখোল পূম্নমক মাগী নাকোংদা তার। অহুক নকুনা লেহুনসু অসুক শথীনা ওইদবা বা ঙাংলগা অমসু ফাওনা গংাক্তা বাকৎপগী রাসোবগী রাহৈ অমা কাংবা পাউথুম পীরক্রু, মতমহুদা সিদ্ধেশ্বরী অমুক থাংবা শরগী পাঞ্জল লৈখিদে। মাগী মিমি লাউবা খোজেলহু মিংকুপকী মমুদা কনখৎলাক্ত অমমুং হাক্ক.ক্ত; "ইমামা থবকপা চিঠিহু অমুক্তা ফাওবা পাহুনা তহনবরনা কনাগু লৈহপোং নত্রে, ঐগী জোটি অহু ফওনা লৈখিদ্রে। মীতেম্ম খোংপা-থাকপগী করি কাম্নবিবগে?"

নীলাম্বরী মম তোংগী মনক ফমহুনা মাগী মতেং পাংলি; মফম অহুদগী হায়রকই, "চিঠি অদি ইমাতোম্না অনি-অহুমক পাহুনা-নাতোংদা তহনহুবদায়নে ইমা! নৌনা অমুক চিঠি লাকপ্র?"

"নঙনা থাকম খুনিংমক্তা য়ুম্বুম্নেনবী শাম্বিত্রা," হায়দুনা মচানুপীবু চৈহৎলগা সিদ্ধেশ্বরনা হায়রকই, "চিঠি পায়দুনা তাহল্লগা হেক্তা লোইরব্রা? মহুগী পাউথুম পীরোইদ্রা? হাই মখোয়গী মগা-তোন শিপ্রব্রনে ঐনা লৈকাইগী মী নেক্রুনা চিঠিগী পাউথুম ইহনা তাখিনদি?"

নীলাম্বরীস্থু শাউরক্রুনা হায়রকই, "চিঠি ইহন্নবা মী অইত্ত কন মু লৈত্রব্রা, ওসি সংক্রান্তি মু মেংসিদা নঙনা ইমাতোনবু হাংক হায়রিব্রা?"

ওসি সংক্রান্তিনি হায়বা রফম অসি সিদ্ধেশ্বরনা নিংশিংলমদে। মহক্না মিংকুপ্তা শকফম খেন্নুক লাংশিন্না হায়রকই, "নঙনা ঐবু চঙক্লুহল্লেদমা নীনা? বিষ্ণু। বিষ্ণু। শিবা য়াবা থা ঐনা মতাংদা করম্বা কানদা হায়গনবগে? ইপুক্কুগী তাবা ইচানুপীমা পাউতাক পীরবা! তরাংদা লুহোংবিদুনা মী ওইমনবা য়োক্লক্লিনা মামা ইমি ফাওবা নেংখিদ্রে; অসি য়োনা ঐনা অনাবা থাংলি, অসি য়োরবা ফাওবা ঐ শিবা কোবা লৈত্তে! ওসিদগী হোনা কম্বিগুম্বা ঐ অমুক হন্না হিদাক মখিক অমত্তং থকপ্রা, অদু ওইরবদি ঐ—"

পীরাংনা সিদ্ধেশ্বরগী খোঙ্গল ফাজিনখ্রে। মফি ফিজিমা মপী তৈথেক্লগা মশাগী কাদা চংলগা মহাক তংশেংনা অশিবগী শাংখক ওইদুনা ফমুদা তাদুনা লৈখ্রে।

ময়নতারামা মনাকী মাঙ্গোলগী থোঙনাও মরুমদা লেপতুনা য়েংলম্মী; হৌজিক তপ্না তপ্না সিদ্ধেশ্বরগী কাদা চংলক্লগা মখে ও

ময়াদা ফম্লরে। তগ্গা তপ্পা হায়রকই, "চিঠি অমথক্কী পাউথুম ইহন্নবগীদমক মাবু থেন্না অমুক চংশিক্লম্লিবা করিগীনো ইচে? ঐচেন্দা মাথং পীবিরম্লবদি পাউথুম তরা ইরমগদবনি।"

সিদ্ধেশ্বরী বা ঙাংদে; ফক্লাংলোমদা মমাই ওনশিন্দুনা হিপ্লে।

ময়নতারানা ঙাইহাক তুম্মিনা লৈরক্লগা হংলকই, "অহূদি, মহ হৌজিক ইয়ু থায়ব্রা ইচে?"

খঙহৌদনা সিদ্ধেশ্বরীনা খোঙ্জেল যাক্লা হায়রকই, "নঙসি ওন্থোক্লা বা য়ামখ্রে মো-য়াইমা। হাম্রিবসিনি, মহ হৌজিক তোক্লসি— মহ মচনা ওইরোই। মহ—"

নয়নতারা শাউদে। থ'ক পাংথোক্লদবা মফম অহূদা মহাক শাউবা বাম্নোবা থক উংতে। মহ ক তু ম্মনা লৈরে।

নুংথিল পুং অনি-অমখায়গী অহূরায়দা সিদ্ধেশ্বরীনা মচানুপী কৌশিল্লগা তুম্মিনা হংলকই, "নখোয়গী মমাতোন চাক চাখ্রব্রা?"

নীলাম্বরীনা ওক্লুনা হায়রকই, "করিগী চারোইদগে? নুংতিগী চাবা অহূম্না অহূম চাই।"

সিদ্ধেশ্বরী "হুঁ" হায়রগা তুম্মিন্না লৈরে।

মমাংদা পনখ্রে. শৈলজা মতম চুপ্পদা বারৌ-পুক্লৌ চাউরকই হায়বা। করিস্থ লৈতবা মম্মগীদমক মহাক চন্না হেক্তা হেল্লি অমসুং মহূগী মমমদগী সিদ্ধেশ্বরীগী খঙ্মোম-মৈচক্কী ওমথে

লৈরে। মপুং-মপা পায়-খেংডুনা খেমজিন্দনা মাকোক্তা লানচি-খোংগাইনা মাং কয়াদা মাকপু পেগশন্না হোংনবা ভাই। অহুম লেইমনক, শৈলজাক্ত ইন্দ্ৰজিৎ শেৎপা-চাদা শন্দুনা অহুক খীনা চৈ-থাংলবা ফওবা অপাউবা উংলক্রুবা অসিগী করিগুম্বা মমম অমণ্ডা মচাক্তা শনদা লাম্বা ফংদে। শৈলজাগী হোংলক্রিবা থ্যাংহ'মনি মচাক' মফমদা শুভমনপা অমনি ওইথোক্রুবা ওইনা খেকনা অহুক মাগী থম্মোমদা লুংশাখীবনা লা তক্লরকই। করিগুম্বা মওং অমদা থংনরক্রব দ মচাক ছিন্নি— অমুবু মচাক্তা ভেন ফনা কাপডুনমু শৈ জাদা চৈনাখেল ফাওদনাল্লে।

অপুক্তগী নুমিত ফাওনা শৈলজা মপাগী মখো ভোইবা অহম লৈ। মচাক্তা লোনচৌ-শাক্তপত্রা চিংগী মী কননম্বু করিমু উবা ফংদে: শুপলগী চহি কর'দগী লুখীনচ হুবু মথাদা য়ে'ক্রক্লুমা ওনি চউরক্লি'মি, মচাকমক্ল। মগী লুংশাৰ্থ গল্লবা থম্মোমদা মিৎকুপ থংদিগী উরকই, শৈলজাগী অকোইবদগী ডমথীবা কংমা নিংবা কাইবগী শাগৈন মমুন হৈনিন্না চমিৎ খুদিংগী মরেল মরাল থাঙজিল্লকপনা মহকপু শুপ্লগী মশেক-মরং ওইনা মমি-শামি ওইহনল্লে।

মীল মরীন হায়রকই, "ইমা, ঐ চংলগে?"

মমনা হয়রকই, "কদায়দমো চায়য়ু?"

মীলাম্বরী ভুম্বিন্না লেপতুনা লৈ।

সিদ্ধেশ্বরীনা মইমহুদা শাউনা হৌগংডুনা ফম্লগা লাউ-খোংহুনা হায়কই, "কদায়দা চংকদৌরিবনো চায়য়ু? মমতেৎলা কয়া

য়াম্না হেন্দুনা—ঐগী নাক্তা মিংকুপ অমা ফাওবা কম্না য়াম্রা? ফমহনা লৈয়ু ঔকাই নাইদবী, তুম্মিন্না মফমসিদা। কদায়দসু চংথোকপা য়ারোই।" হায়রগা, নোংমা তুথনা হিথরগা অতোপ্পা মাইকৈদা ওন্থে ক্লুনা লৈরে।

নয়নতারানা মথোঙ তপ্না তপ্না থাহনা চংলক্লগা নুংশিনা হায়রকপিবগী খোঙ্জেলদা হায়রকই, "ঐখোয়না ই বম্না চাউথোক্লবনিনা নুমিৎ নিনিগী মতুংদি নুপা ময়ুমদা চংখ্রগদবনি; মতমসিদা অমগা অমগী নাক্তা নুমিৎ চুপ্পা লেপ্লোকপা চুমলা? চংলে, মমাক্তা ফমহনা মিংকুপ অমিদং নাথ ঙ-মথুং নোয়মু, ইচে তুম্মরা। অমাদা হকচাংহুদা থেনা তুম্না চুমদে।"

নীলাম্বরনা মমা-য়াইমবু কয়া য়া নিংদে! মমাই লোনখংলগা খোল্লাং কল্লগা হায়রকই, "য়ুমনিনা অঙোপ্পা কনাগী মনাক্তা নুমিৎ চুপ্পা লেনখ্রবগে হায়না-য়াইনা? নহাক্তা হায়রিংহু ইমাতোনগী রায়া?"

মহক্কী শাউবনা ঙাংলবা মাইথেং উবদা ময়নতারা চঙক্লে অমসুং রারোয়ক্লুনা হায়রকই, "ঐনা কনাগী রা হায়বা নত্তে, নীল, ঐনা চুম্না 'সুম হায়দনি', নঙগী মমাগী সেবা-নুংগা তৌফম থোকই।"

সিদ্ধেশ্বরনা মথাই লৈথেরক্লুনা অহুম হায়রকই, "সেবা-নুংবা তৌগদবা! ঐ শিগ্রবদি মগী য়ু ঙাইরহে পনো রিবনি।"

নয়নতারানা হায়রকই, "ফরে, মহাক্কি অঙাংনি, জ্ঞান তাক্রিবনি, অহুবু মো-অতোপ্পদি অঙাং নত্তে। মানদি তাকপিবা

য়াথমি, চংলো নীলা মীমিট অনিদং মমাগী নাক্তা কম্ন্ হায়মা। মহ'ক মশাম্ন অমুক্তা লাক্কে, মুপীমচাসিবুম্ন লাকহন্দে।"

মীলাম্বরীনা পাউথুম অমা পীগদবগী তৌরম্নগা মচিমবান চিকশিন্দুনা মাইথোং লুম্না লেপত্তুনা লৈরে।

সিদ্ধেশ্বরীনা মমাই লৈপে'ক্কুনা হায়রকই, "মডোন্দা শেংনা হায়রিবসিমি মৌ-য়াইমা, ঐনা মত্তৌ অম্মুম্না শৈলজাগী মশক য়েংমিংদবা করিম্ন লৈত্তে। ঐসে মাগী মমিংতা হূ ওনরে।"

ময়মতাযনা হায়রকই, "অহৃঙুবা বা হায়বিগনু ইচে। কমা হায়ত্নুনম্ন মানা ঐখোয় পূম্নমক্তগী মহাক্তি। নহ'ক্কা শাউরবদি মখে য়ুগী লেপফম ফাওব লৈবারা'ই, বাফমদি মিংশিংবি-গদবনি। থা অসিদা, মনাও-মূপানা লুপা চামঙা থম্না হেম্না পুশিল্লকই, মহৃগী অচোয়বা থরহ্ মথুংতা থমহে'মগা শেলফমহ্ মতোন্দা পীরকই; মসি লৌশিনবিয়ু—"

অসি হায়রগা ময়মতারানা ফিজিদা পূল্লিবহৃ থোক্লগা নোট মতাথক সিদ্ধেশ্বরীদা পীশিনখ্রে।

নিংবা কায়বা মাইথোংদা সিদ্ধেশ্বরীনা মথুং ভিংথোক্কুনা লৌরগা হায়রকই, "নীলা, চংদু নখোয়গী মমাতোন্দু কৌক্লচো, য়োংকী উপূদা হাপচিলহমগে।"

ময়মতারাগী মাইথোং মুশিন মুশিনরে। শেল অসি পীশিনবগী বাফম্না লংলা-লংজিন ওইহনা মহাক্লা অরংবা শক্তমগী শাগংচমকখিবা কল্লনাশিংহ্ পুম্মুং মুংখিহনা মমি ফাওবা লৈখিত্রে। সিদ্ধেশ্বরীগী মাইথোংদা হক্লাওবগী মমি ফাওবা তাদে, মহ্ মত্তে!

শেল অহূ থমজিনহন্নবগীদমক মমৈদদি মৌ অংত ঙীবু কোইকৌ কৌরকই— উপুগী শো হৌজিকসু মাগী মথুংতা অহুম লৈরি।

মরু ওইমা, শেল অসি মীবগী মতাংদা অরোমবা ইতিহাস থম্না লৈ। হৃরিশনদি মীশিনবা পামদবনি, অপনদগী নমমতারানা সংসারিকী অ শা লং অমা থাক্লনবগীদমক মপুরোইবদা হন্না হন্না তক্লরগা শেলফম অসি লৌথোরকথিবনি। হৌজিক সিদ্ধেশ্বরীগী মিৎ-নাবা লোমচংডা অহুক য় ঙা লুপা ময়াম অহু ঈশিংদা থাদবগুমঞ্রে, থোইনোক্লা শাউনিংবনা খোইমাং-খোইশাউনবনা মহাক মথুংমক্লা মশাগী মংকাক হুপায়জমিংলক্লে।

শৈলজা লাক্লে। নুমিং তকক্লিগী মতুংদা মহক্লা মচেহলদা য়েংহনা ইচম চম্না হংলকই, "ইচেনা ঐবু কৌবিত্রা?"

শৈলজাগী বাহংগী বাহৈ থমসিনা সিদ্ধেশ্বরীগী থংমায়দা মপ ল নাইদনা অম্বত হৈজিনকপগুম থোকখ্রে। মিৎনা কুপ্পনা মমিংতা ঈরা চেলক্লে, মহাক্লা তোফম থগুদনা মুক হোগৎতুনা কম্লগা হায়রকই, "হোয় ইনাও, করিগী কৌদনি। শেলয়াম অমা মশাগদা তহুমা লৈরে, অহুনা নীলাদা হায়খিবনি, চৎলো মুপীমচা, মগী নমাতোন্দু অমুক্তা কৌরকউ, শেলসি থংজিনহনগে। অসি লৌশিল্লো।"

অসি হায়রগা মহাক্লা শৈলজাগী তিংখোমক্লিবা মথুংতা মোট থরহু হাপখ্রে।

শৈলজানা মফি ফিজিদা পুন্নিবা শোহুনা উপু হাংদোক্লগা মো-হাদন শেল হাপচিন্নি, মহু উবদা মরমতারা থাংগুম্নক্লে।

অহুম ওইবমক মপুক্কিংগী লাংতক্লবা করিগুম্বা গও অমদা কাথরগা শিকংমমা নোক.ফং তৌহনা হায়রকই, "অহুমা মমাও-মুপানা ওরাং ঐঙোন্দা হায় ইচে, ইথুড়া-ইপললা পোকপা ইয়াম্বা নত্তে, ইমা অমত্তগী গর্ভদগী ভাগা ইয়াম্বনি। মত্তেন্দগী শেংলমা চাদনা কপায়দগী শেংলু চাক্লগদগে? মগী মগী শক্তিগী মতুং ইন্না থবক তৌহনা মহাক্কী মত্তেং পাংশিনবা চুম্মী। মহুদি নত্তনা ফমহনা লৈথোক্লনা মংঙোন্দদা মৈহনা চাবা, কোই-লংহনা লুংঙাইথোকপা, মহুমু হেক্তা য়াত্রা? নহাক্কীমু হরি-মণিগীদমক থরমথ তমণিন্দুনা থম্বিরগা তাইদমা! ঐথোয়গীদদক পুম্নমক লোইশিনহনথ্রবদি কদায়দগী য়াগনি! চুমত্রমে, শেনা হায়বিয়ু ইচে?"

সিদ্ধেশ্বরীমা শকফম হঙ্জিন্না হায়রকই, "মহৎবুদি কন্নিগী চুমদনি।"

শৈলজামা উপু লোমশিল্লগা মমাংদা চংশিলহনা শোটৈ অহুমক রিংদগী লৌথোক্লগা সিদ্ধেশ্বরীগী ফমুং মথক্তা লংশিল্লগে, অহগা মহক তুম্মিন্না থোকখিবা উবদা সিদ্ধেশ্বরী শাউবনা মৈ হোৎলক্লে. অহৎবু মপুক্কিং ফথরগা মানা অহুম ওইবমক তপ্না হায়রকই, "করিনো তৌরিবসি মো-অত্তোম্বী?"

শৈলজানা হঙ্জিল্লক্লগা হায়রকই, "মুমিং কয়ামি চুপ্পা থক্লক্ল নি ইচে, শো অসি ঐঙোন্দা থম্বা অমুক চুমদে হায়না। লৈত-লাইরমমা মীওইবগী স্বভাব মাংহল্লি, ঐদি লৈত-লাইরবা লোইশিল্লিবম্নি— পুকচেল হোংলকপা হায়বসি মতম কয়াবু কুইনা চঙ্ঙনি, করি হায়বগে ইচে-মাইমা?"

নয়নতারানা হায়রকই, "ঐদি করিগুম্বা বা অমত্তুম্বা য়াউরবোই মো-অ্ঙাৰী, কাম্নদবনা ঐবু কোংশিল্লক্রিবা করিগীনো ?"

সিদ্ধেশ্বরীনা হংলকই, "অদুক কুইবসিদি মগী পুকচেল হোংলকক্রিবা করিগীনো, হায়রু তাসি ?"

শৈলজানা হায়রকই, "মহাক্নমখৈ হোংলক্লে হায়রুবা কৈদৌ উদম্বু হোংলক্লোই হায়বদি হায়রি ওাই লৈতে। অমুম মখোয়গী চাক্লেম চারুনা ফিরেম শেংতুনা লৈরিবমি। শেল শিন্দুনা তেংবাংবসু ওমদে, ও-নে'মহুনসু তেংবাংবা ওমদে। অদুবু মহুনি হায়রুনা পৃন্সি চুপ্পা লৈহুম লৈবা ফত্রা ?"

সিদ্ধেশ্বরীনা বারোহনা মম'ই ওাংনা হায়বকই, "অমুক জ্ঞান তাগী ওইরক্রিবদি কদৌ উদগীনো হায়রু তাসি ? মখোয়গী অহুগুম্বা অক-ফত্তা বিচারহু মহাক্নমখৈ কদায়দা থম্মুবগে ?"

শৈলজানা অরুংগা নাইদবা খোঞ্জেলনা হায়বকই, "করগীমো শাউহুনা হকচাং নুংঙাইতনমবা হোংমবিরিবদি ইচে ? মখোয়মসু ঐখোয়বু অমুক লৈহনবা কয়া পাবিদ্রে, ঐ ইশাবকসু অমুক পামদ্রে।"

শাউরুনা সিদ্ধেশ্বরী মচিন্দা বা ওাংবা খোক্রে।

নয়নতারানা মহাক্কী মচুং শিন্দুনা হায়রকই, "ইচেমবুদি পামদবনু য়ই, মহু ঐ য়াই, অদুবু নঙনা পা'মন্সিবদি করিগীমো মো-অঙাৰী ?"

মসিগী পাউথুম পীরমদনা শৈলজা মপালদা থোকখিবা উবদা সিদ্ধেশ্বরীমা শাউ-খোংহুনা কৌশিন্দুনা হায়রকই, "গুম্নমখো হাই

ঈকাই-নাইদবী, নত্ত কৈদৌঙৈ বিদায় লৌগদগে—ঐ লাইদা কংননবা শেল লেপকে! ঐগী সনাগী সংসারসি থংম-চৈনহুনা ছংশেংনা ?মনা ভুম্না থায়স্লেদনা! মৌ-য়াঃমানা চাম্না হায়থিব্রমে, লন লৈতনা মীওইবমা মথৌ পোংবা য়াবা মত্তে হায়বসি? ঐগী শেল কয়া য়াম্না থৈদোক্লগে, মহুগী হিসাব পীংস্ু।"

শৈলজা হৈরিক্কুনা লেপতুনা লৈ। মহক্কী মমাই-মমিং মৈ-হৌনা মিংকুপন্থকুং চাকথংলকই; অহুবু, থংনবা মিংকুপমক্তদা মহাক মমাই লৈথোকক্কুনা ব্রা-লাং ভাংদনা থেকল্লে।

সিদ্ধেশ্বরীনা মশা কল্লবা উচেক্কুম কমু.দা বোম তুহনা কল্লকই, "ভৌতম সিবু পিশক পিক্লিডগ' ঐনা মী ওইরমবা য়েকপিরকপনি মে-য়াইমা; মামা ঐভোন্দা অনুম্না ঈক.ইবা পীবম্লি! মথোক্সগী আজ্ঞাহল.থায় লাকখিসকু, মাবু ঐনা ভমাং ময়াইদা ভসি কবিগুম্না হিংনা ফুবা ভাত্রবদি ঐগী ইমিং সিদ্ধেশ্বরী নত্রে।"

## তরেং

সিদ্ধেশ্বরীগী স্বভাবতা শাথীবামবাল অমা লৈ— মাগী থাক্ববগী অয়েপ্পা হায়বা অমা লৈত্তে। ভসিগী অচেংপা ফিরপ অহ কয়িন্থ কৈতবা ১মমদদা বোদথোবহিবা য়াই। শৈলজাবু মহাক্না মপুক্সিদা থাইদগী থাজকই, অহবু, মুমিং থরমিদংগী মম্নুংদমক নয়নতায়না

অত্তোম্বা মওং অমদা খঙহনৱবা মতম অচদা মহাক্না চিংগৈরক্লে মহুদি, ৱাকমহ্ অচুম্বমক্তি, শৈলজাগী মখুংতা শেল শিন্নে, শেল অহ্গী অংক করাংদা লৈবগে হায়বা (হিসাব খঙনবা) তাবনা শাবম্ মত্তোন্দা লুমা থোকই। অহুম ওইবমক মপুম্মোইবগা মচান্নুপাগা লোয়ননা শহরগী লমদম অসিদা লৈরম্নবা মহাক্না মথৈ মাম্ কৱিত্তবা মওদা তুপ্পে লৈরম্লোই হায়বু মশামা খঙই।

অহিংদা য়ুম্বুরেন অহল মাগী মপালগী কাহুদা ফমহুনা মমিত্তা আমোক হাপতুনা জ্ঞানকী মঙলদা মপুক্কিং চংনা কেশকা দরকার ওইবা দলিল-লুংলিল য়েংলি, সিদ্ধেশ্বরীনা ইয়ুংদা চংশক-পগা হেক্তা থবক্কী বা পল্লকই। হায়রকই, "থবক তৌবগী কান্নবা করি লৈরিবগে হায়বা ঐত্তোন্দা তাকপিবা তম্মিগদ্রা? তুপ্পগী লমহুই মচা সম্ভূ অমা চাবা থাক্কবগীদমক অহিং-নুথিগ মাইদনা নোমহুনা শিগে হায়রিব্রা?"

গিরীশনা তুপ্পদগী চাবগী ৱাহুদমক মমাকোদা তু ম্বা য়াই। মম ই মোনথংলক্লগা হায়রকই, "মত্তে, কুইমা অয়ুক চংলরোই, শরমাথ য়েংলল্লগা চাক্কগে।"

সিদ্ধেশ্বরীমা ৱাহৌহনা হায়রকই, "চাবগী ৱা করামা পনথুগে? ঐমা হায়জদি, গৌ-আত্তাম্বীখোয় চপ চামা তান-শিল্লগা য়ুমদগী চংপিখিগদোরে। মতম অম্বক কুইমা মখোয়গী কম্না কয়া লৌবিরক্লিবা পূম্নমক অরেম্বা তাহলম্নে হায়বা পাউ অসি তাবিরব্রা?

তানরি। খরা মিংথিনা তানশিঙমনবা মৌ-অতোম্বদা হায়রু। কনা কনা লোয়নখিগদৌরিবনো—মশিস্থু—"

কেশকী চে মরক্তা রা অহ্ মতৌ অস্নুম্না লোইশিনল্লে।

সিদ্ধেশ্বরীনা শাউহুনা লাউরকই, "ঐগী রা অমা কাওবা মদা হাপ্পিরম্মোইত্রা? ঐনা করি হায়রিবনো, অহুগা পাউখুম্না করিনো পীরিম্বিবহ্? মৌ-অতোম্বখোয় য়ুম থাদোক্লুনা চংখি-গদৌরে।"

খংলাক-খংমিন ওইনা হায়রকপহুদা গিরীশনা চঙক্রহুনা হায়রকই, "কদায়দা চংকদৌরিবনো?"

সিদ্ধেশ্বরীনা অহুম খোঙেন রা মা পাউখুম পীরকই, "কদায়দা চংকদৌরিবনো হয়বা ঐম কমদৌনা খঙগদগে?"

গিরীশনা হায়রকই, "ঠিকানা ইশিল্লুনা থমহৌ।"

সিদ্ধেশ্বরীনা খোইরাং-খোঙশাউহুনা, রারোহুনা অঙাওবীগী মতৌঙুন মরাইবক শুহুনা হায়রকই, "করাদা লাইবক থিব্রবা! ঐনা ইক্লগদৌরিদা মখোয়গী ঠিকানা! ঐগী লাইবক অস্তুক থিরমত্রবদি নখুংত্রা কদায়দগী তরমগনি! ইমা-ইপানা ঐবু খোঙ-খুং পুনশিন্দুনা গঙ্গাগী ঈচেল্দা থদবিরমগ্রিবা করিগীনো?"

অসি ঙাংনা ঙাংনা মহাক কপখৎলক্লে। মমা-মপানা নহাকপু মতিক চাদবা মপাদা থাজবিরম্বনি হায়বগী খুদোংথীবা অহু ওসি চহি কুম্থ্রামিথোইগী মতুংদা চিংথোকলুবদা মহাক মপুক্লিং মুংশিবগী ওমখৈ নৈখিত্রে। হায়রকই, "ওসি করিগুম্বা মিং উইশিন্দুনা

লৈথোকপিরবদি, ঐবুদি কমাগী য়ুমদনো মীখাই ওইদুনা পুক্নি থমখিবা য়াই. মতুমক তৌগমি হায়বা ঐ শং-শংমা উখনি – ঐগী মপিগা হরিগমা লেপহোগদৌরিবসি কদায়দনো, মতু— "

অসি হায়রগা নুংদা ওমতুনা কপ্পখদগী হৌজিক্তি তশেংনা মমিং অনিমক পীমা পূমচোং চোংলক্লে।

কেশকী দরকার য়াম্না ওইবা দলিল-নুংলিল গিরীশকী মবোক্তগী পূমাচেন চেনখ্রে। মখোগী মুখীনা ইখঙ খঙহৌদনা অহুক রারোনা নপ্পকাহুদা ককচাও রক্তুনা মহাক্না শাউমা খোঞ্জেল লুম্না কৌরকই, "হরি!"

হরিচরণ থনেবা কাদা লাইরিক পাত্তুনা লৈ। হৌফম থঙদমা চেল্লক্লে।

গিরীশনা কন্না চৈক্খত্তুনা হায়রকই, "অদুক হয়া মঙ খংনবদি শগোল শাজিমা মনম তুংন য়ুগমি। ঐক'ই-মাইদনসি লাইরিক-লাইঙ ঐকাইনিংনগী না লৈতে, নুমিৎ চুপ্পগী শান্নদগা খংনবগা। মপি কদায়দা লৈ?"

মপাবুনা চৈ-থ'ংনা হায়বসি মচাশিংনা খেংনরক্লি। হরিচরণনা জ্ঞান মাংনা হায়ংকই, "খঙদ।"

"খঙদবা? মখোয়গী লৌচৎপু ঐনা খঙলাইদ্রমহে? ঐ মাইকৈ থুংনা মিং থম্লবনি, মতু খঙদা? মখোয়বু কমামা লাইরিক তাকপগে? কৌরকউ মহাক?"

হরিচরণনা কৌথি-কৌরুম্না হায়রকই, "ঐখোয়গী থার্ড-মাস্টর ধীরেনবাবু অয়ুক্তা তম্বিরম্লগা চৎখ্রে।"

গিরীশনা হংংকই, "করিগীনো অয়ুক্তদি? শুংদাংদা ভমিরত্রিবদি করিগীনো হায়রু? ঐ পামদে অসিগুম্বা মাস্টর, হয়েংদগী অতোপ্পা মী অমত্তু ভমহনগনি। চংলো, মপুক্কিং চংনা লাইরিক প'রুচো; নাখো খঙদবা মীরেম!"

হরিচরণ মহাক্না তাইকেং তাইনা মমাংদা অমুক্কং হন্না য়েংলম্লগা ভপ্পা ভপ্পা থোকখ্রে।

গিরীশনা মাগী নুপীগোবদা ওনশিল্লুনা হায়রকই, "উরেদসা চৌভিক কালগী মাস্টরশিংগী শাকংসে? শেল লৌগনি, অহংগা চালাক তৌগনি। মমেশতা হয়েংমক ধীরেনবাবুগী মহুৎতা অংতাপ্পা ওবা অমা থম্মু হায়রু। খঙবা শাম্রি, ঐগী মিংতা উকুল চাইবা ভনগনি হায়নকা মাগুসনা!"

সিদ্ধেশ্বরী করিগুম্বা ব অমত্তা ঙাংখিদ্রে। মপুরোইবগী মাইথোংদা য়ংরোবনা থল্লবা অথাবা মিংয়েংগী ভেন অমুক্কং থারম্লগা তুম্মিন্না মপালদা থোকখ্রে অমসুং গিরীশ মথোদাং মওং চুম্না পাংথোক্লে হায়না খল্লুনা মপুক্কিং মকা লাম্না থুনক্লা মাগী চে-চাংহদা মপুক্কুং থিংজিনখ্রে।

শেল হৈরা পোংশকসি সংসারদা য়াম্না দরকার ওইনা পোংশক্লি হায়বা সিদ্ধেশ্বরীনা খঙলমদে, মহু মক্তে অহৎ মাইকৈ অদোমদা। অস্থুক কুইরবসি মনাক্লা থজুদে। অহৎ মীহোবা হৈরবসি য়াম্না ভমদীবা লায়না অমমি। নয়নতারাগী চাবি থা থাহনা সিদ্ধেশ্বরীগী থম্মোয় হকচাংদসু লায়না অসি ভপ্প ভপ্পা চেলহনখ্রে।

হাৎরবহৎরক্নে মৌ-য়াইমা, মখোয়গী নাচগী মথুংতা পৈসা পায়দে হায়রবসিবো ?"

সিদ্ধেশ্বরীনা মশা ভগাদ হায়বা কাউথোকখিহনা হৌগংতুনা ফমলগা. নয়নতারাগী মমা দা শো চবুপ অহু ঝম থাদরগা হায়রকই, "উপু-হুংবুশিংহ মহ ক নথুংমক্রা য়েংলুচোদ্দমা মো-য়াইমা, ইমুংগা খয়চকী শেল নত্তমা কদায়দবু ওইরবস্নু করিগুম্বা লোংশিন-লকশিল্লম্বা ! পুম্নমক মৌ-অত্তোম্ব না শিল্লিবনি। ঐনা বা ভংবু মংডাই কয়স্নু লৈহন্দে ! অহুক হৈ-শিংবী মাগী মথুক্তা তারুরবনি মৌ-য়াইমা, কৈদৌঙবস্নু পৈসা অমা ফাওজা উবা ফংবা নাত্তে। অহুম্না দগুস্নু ফজবেদনা ! হৌজিক মামা লোইনমক খেক খোক্তুনা পুহনা চংখিগদৌরে মসিদা কমদৌরুগদগে ? অহবু ঐগী খুক্তা পায়জরম্রবদি মহ য়ুমদা লেংবনা লৈহৌরোইদ্রবে, মতৌ অম্নম্না ঈশিংদা থানখিরমগদ্রা, হায়য়ু অসি মৌ-য়াইমা ?"

নয়নতারানা মঙক মেমহনা হ য়রকই, "মহদি অচুম্বা বানি ইচে।"

সিদ্ধেশ্বরীগী থম্মোয় শৈলজাগী মায়োক্তা অমুক হেন্না কনশিন্নক্রে। অস্নুক কুইবসি মহাক মশামক্না শৈলজাবু মী ওইনবা শেম্বিমক্রগ. মশাগী উপুগী শো মহাক্তা মথুক্তা শিন্নহনা মশাবু হন্থহন্দুনা সংসার মরক্তা মহাকপুনা বাংনা থাজংতুনা থম্লক্লিবনি, হৌজিক বাফম অহু ভশেংনা কাউথোকপ্রে। হায়রকই, "মী অমত্তনা শু-নেমহমা তানবনি, অহগা অস্নুক চাউবা ইমুং অসি মাগী মথক্তা মল্লিবনি, মঙোন্দমক কমদৌমা দোষ পীরুগ-দগে হায়য়ু ?"

ময়নবু বানা শোগংলহৌরা হায়রকই, "মহৌবু দি মীপুম খুদিংমক্তা উরিবনি হৈচে!"

ডাইহাক তুশ্মিথা লৈরক্লগা তুশ্মিন তুশ্মিন হায়রকই, "ঐখোয়গী খুনংগী নন্দ মিস্ত্রির শেগ থেকপা তেরানানি। মনাও-মচানুবু মী ওইনবা শেম্বকপদা, মচাশিং লাইরিক তমহল্লকপদা অহানগা লুহোং-খোংদা থিবদা মথুত্তা পাইনাতংগী অমফাও থাকহৌদে। মো অহলনা থাকংচক্লরবদি চৈহংতুনা পাউখুম পী—"

সিদ্ধেশ্বরীনা বা মখক থংতুনা হায়রকই, "ভাশেংনা ঐগী দশা মসি নত্তনা করি ওইগনি।"

নয়নতারানা হায়রকই, "মহৌ মশ'না তবনি। মো অহলদা নন্দ মিস্ত্রিরনা চৈহংতুনা হ'য়খি, 'নঙগী থল্লুবিংডাই করি লৈ? মঙগী নরেন লৈ। মাবু মী ওইনবা শেম্বিহৌনা উকিল ওইহল্লবদি, হন্নরক্লবা মতমদা ম মস্তু ঐখে য়াবু মতৌ অস্তুম্না য়েংলগদৌরিবনি। মহাক নঙগী ননাও-নুপা নত্তে, নচানু মমক্তি থল্লু।' অহৌবু কলিকাল অসিদি অৎক নি হৈচে, নন্দ মিস্ত্রির অহৌনা মমিং উরক্লুহৌনা থবক তৌ'ক্লবা মতমহৌদা নরেন উকিল—পোকমিন্নবা মনাও ওইহৌনসু মথাম্বহৌদা শেগ পুথেক্লগা শেম্লোয়-শেল্লগকী মা মপুগী য়ুম-টঙ্খোংগী ফংফম থেংকপা শরুক অহৌ মীলাব তৌংন্দুনা লৌশনখি। হৌজিক নন্দ মিস্ত্রির ভিক্ষা নিহৌনা চা'রা, অহৌগ কাতুনা হায়, 'নুপীগী বা পোক্লন'দগী হৌজিক ফিভা অসি ওইহৌরিবনি।' অহৌম ওইমখক মখুড়া-মাত্তালনা পোকপা নত্ত, মমা অমত্তগী গর্ভদগী ভাবা মচিন-মনাওনি।"

সিদ্ধেশ্বরীগী থম্মোয মিক্লকই, হায়রকই, "হায়রিবহ্ করি যাবো মো-য়াইমা ?"

নয়নতারানা হায়রকই, "মীনথা মতে ইচে, বাকমসি লৈবাক শিন্না থঙনরিবনি !"

সিদ্ধেশ্বরী অমুক রা ঙাংখিদ্রে। মহুগী মমাংদা দপুক্লিংদা অমুক-মুক থন্নবী, শৈলজাবু কোরম্না থামগে হায়না; অমন্নুং করি কমদোম্বগা মখোয় চৎপদা অংমথা মীরা য়াগদগে হায়রম্ব্ দপুক্লিংদা মওম মওম থন্নুনা য়েংলম্বী; অহুবু মঙ্গ মিত্তিরগী অরাবনা থন্নবা ইতিহাস তাবদগী মহাক্কী থম্মোয় তপেংনা নুংঙুম কমশিনখ্রে। শৈলজাবু খায়রুবা মহাক্কা অমুক হোৎনবা কাওখ্র হোৎনখিদ্রে।

গিরীশ কোর্টতা চৎনবা পেম-শাকনবা হৌগৎনিং-হৌগৎনিং তৌরি; মতমমহুদা রমেশনা চংলক্লগা হায়রকই, "ঐ ঐখোয়গী খুঙ্গংগী মুমহুদা লৈকরগে হায়না থন্নে।"

"করিগীমো ?"

রমেশনা হায়রকই, "কনা লৈমত্রবদি মুখগী থোঙ-থোঙনাও তেক কায়রুমা যাংগদ্রে, অতুপা উখোল-শদম, পুম্নিশিংহুম্ব্ যাংশিনক্লগনি। ঐমু সিদা থঙক লৈংতে। অতুমা হায়জ্বনি।"

"অফবা বানি। অকপা বানি।" হায়দুনা গিরীশনা হন্নাওনা যাবোকখ্রে।

মমাঙ-হুপামা হায়জরিবা অতগী মখুংদা থুপচারমা য়ুম কায়বগী মৈচাক কয়া, শাথীনা পুকচেল-থোইজেল তীনবক্তবগী মপুক্কুং মুংশিবা কয়া চেল্লিবাগে হায়বা ৱাকন অহূ ভদ্রলোক অহনা করিমত্তা হংজলমদে।

মহাক কোটতা চংশ্রবা মতুং অহুমক্তদা শৈরজানা চৌ-অহলগী মনাক্তা চংলক্লগা কুম্ধহনা থুরুম্লয়ে অমম্ভুং হৱজ উপু অমতুং পুত্থনা মচ নুপা অনিগী মথুং শমতুনা য়ুমদগী থেকখ্রে।

সিদ্ধেশ্বরী ফমুংদা উতুপ তাবগুম তাহনা লৈ অমম্ভুং ময়নভাগ্নাগা মশাংগী দোল্লাগী কাগী থোংমাও হংদোক্লুনা য়েংহনা লৈ।

# নিপাল

কা থোম অচৌবা অনি ভাইশিল্লহনা থাবা সিদ্ধেশ্বরীগী ফমুংনি। অহূবু অহুক পাকপা ফমুং অহূদস্তু মহাক হিপকম লৈতহনা মচি অমদা ক্লন্দুনা অহিং চুপ্পা লেনবা ঙাই। মসিগী মখিদা মহাক্লা শাউদনস্তু তেংক্ত অহুগা ইমুংগী কনাগুম্বা হৈভা, অমভুস্তু মহাক্কী মমাংগী চংথোকহল্লে। অহিংচুপ্পা মথিং-মমা শিংমা লৈবা ভারম্বী, কয়ারক হৌগংপা তম্মী; করিগুম্বা মুখিং অমহুম্ভু নুংভাইনা নে-ভানা হিপ্পা ফংংমদে; অহুম ওইনমক শৈলদ্দা মত্রগা অতৈ অতোপ্পনা উংপাত ময়াম

অহৌদগী মহাকপু কয়নবগী অধিকার অহুম্থু নৈতে। মহাক্না কয়া নাম্বিঙ মতমনত্থু মমাহনগী ফমুং মত্তনা কমাত্তনা অচৌবা অমত্তুগী হিংনবনা অতোপ্পা ফমুং নৈরমদে। কানাইলাল য়াম্বিপ থি, মাগীদমক লম চাউমা কন্দুনা থম্মী, বিপিন থুকত্ত মুম শাগত্নি, মাগী অতোপ্পা মওং অমদা শিন্নি ; পটল নোংজ্ঞাল-লমদা'য়দা চাক লায়গনি, মোম ময়াদা মহৌগী থোয়াং তৌহনা থম্মী ; খৌদিগী মপুক্না কানাইনা মথেঙ থাদংগ্রা, পটলগী মাতোম বিপীনগী পান্নোমদা শুজিন্দুনা নৈত্রা, পুম্নমক অনি য়েংনা য়েংনা অহৌগা ঙৈনা ঙাংনা সিদ্ধেশ্বরী অহিং লেমবা তারম্মী।

ঙসি তুম্বা মতমদা ফমুং অরুক হাক্না হাংহনা নৈগনি হায়বা শৈলজানা চংখিবা মতমদা সিদ্ধেশ্বরীনা ভাব তৌরুদে। ময়নত'রনা চাম্নমক হন্না হায়জ-মুংজবদগী মহাক মুমিদাংদা মথ'দা চাক চারুবগা মাগী কাদা কায়কই, খঙ্হৌদনা শৈলজাগী কায়োমদা য়েংথাকলুবদা কনানমো মাগী থম্মোয়দা তাশোন্না থিন্নকপগুমত্রে। কাহৌ মৈ থান্দে, থোঙমাও অনি অহৌ হাংহনা নৈ—সিদ্ধেশ্বরী মমাই নৈংথোজুনা থুমা য়াংনা মশাগী কাদা চংত্রে।

ফমুংদা য়েংলুবদা মহাক্না উরে, ফমুং মচি খজিক্কদা বিপিন অমম্থুং খুদি তাশিন্দুনা তুম্নি—ফমুংগী অয়েম্বা শরুক অহৌ শারবা মরুভূমিগী সন্তোঙম ইহাং-হাংই। মশাগী তুম্বম মচি অহৌদা তুম্পক তাশিন্দুনা মহাক মমিং উইশিন্দুনা ম্বিবু অহে হপ্প

উইশিল্লিবা মখিং অমি অহুগী মিংলুদগী অরেপ্পা লৈতনা চেঙ্কুরকপা পীনা মকোক্কা খাংলিবা মেন অহ পূখচোং চোংশিল্লক্লে।

ইমুংগী অঙাংশিং পীজ-পীথকপগী মতা দা মহাক্কা মতম চুপ্পদা থোইদোক্কা চেকশিন্নৈ! ইরম অসিদা মশাবু মতমা মহাক্কা অতোপ্পা কনাবুস্মু মরিক অমা ফাওবা থাজদ্রমদে। মহাক্কী অচেৎপা খংজবী অমা লৈ, মমাংদা মত্রবদি অঙাংশিংমা মওং কয়াদা তাং তৌহুনা মপুক থম্না চাদে অমস্মুং তাং অহু মহাক নত্তনা অতোপ্পা কনানা ফাক্কবা মরিক ওইদে। শোয়হুনা করিগুম্বা সুমিত্তা কনাগুম্বা অঙা মা চাব-থকপা মমিংমক্কা উহৌ-ত্রবদি অঙাংহুদা কয়া কয়া হংহুনা, মপুক্কা নামবি-খোংপিহুনা মওং কয়া তৌহুনা মপুক্কিং পেজনবা হেৎনৈ—অঙাংহু করিগুম্বা মওংদস্মু মপুক থম্না চাদে হায়বা; অমস্মুং অয়ানবা অহু চুম-থোক্কুনবগীদমক মরাইবক খিবা অঙাং অহু মতম অহুমক্তদা মহাক্কী মংদা লেপতুনা শঙ্গোম গিলাস অমা থকপা তারম্মী। শৈলজ না অঙাংগী মীচংদা লেপতুনা লাক্লেংনৈ; মম-হাহুনা পীজ-পীথকপমা হকচাংদা অমাংবা ওই হায়রুমা য়েংলি; অহুবু সিদ্ধেশ্বরীবু থম্মোয় শোক্কা শাউহনবা নত্তুমা আতাপ্পা ফল অমত্তা ফংলমদে।

সিদ্ধেশ্বরীমা অঙাংগী মশক উবদা ময়াং কংশিল্লবোই হেক্তা থল্লি। মহুগীদমক মহক সুংতাইজ্রদে, লৈতাফম থঙজদে।

ওসি মহাক্কা কমুংদা হিপতুমা অসয়দা থলকই, খুজংগী খুমগী মওং চাদবা কয়াহুগী মরক্তা কামাই মপুক থম্না চাহিয়োই

অমম্বুং পটেন চাক চানবা শোয়দনা তুম্মগনি, মাবু হোৎনোকপিহনা নীরবদনা য়াই, মহাক অহিং চুপ্পা লামহনা কং কং হাইনা থাংচনা লৈরবস্থু য়াই,—থম্বুবর থৌদো'ক অহ মহাক্কী মমিংতা শং শং উয়কপা অহক্কী মতিক শাউবমা মথম্বায় বাবমা মৈচ ক্লা মগী থংঙ্গায় কায়গদৌয়রক্রে।

থংনবা কাদা গিরীশ ইশি শিন্না তুম্লি। সিদ্ধেশ্বরী থাংবা অমুক ওয়ক্ত্রুহনা য়াম্না থেংলবা অহিংদা মপুরোইবগী কমুং মরাদা চংলক্রে। মথং মোমহনা হোদোক্লগা হংলকই, "করে. ইশাবা য়ারে, পটলবুদি শৈলজানা পুহনা চংখিবা য়াই হায়বা, অহবু কানাইদি মাগী মপুক্রুগী ভাবা মগা নত্তে,—মতোম্মদি মাগী হক কয়ি লৈ?"

গিরীশনা তুম্লিংবনা চাওনা খুম্নকই, "কয়িম্ব লৈতে।"

সিদ্ধেশ্বরীনা অশা লৈরক্তুনা কমুং মচিদা কম্নগা হায়রকই, "মহ ওইরবদি ঐখোয়না কেশ তৌরবদি মখোয় দণ্ডি কংবা য়াহ। কংলোইদ্রা শেংনা হায়রিবয়ু?"

গিরীশনা চিংনবা লৈতনা হায়রকই, "শোয়দনা দণ্ডি কদ্দনি।"

সিদ্ধেশ্বরী আশাদা মুংঙাইরক্তুনা মপুক্লিং মকালাম্লক্রে। অমুক হংলকই, মহবুদি ওইরগনি; অহবু পটেনগী মরমদা থনবিয়ুদো মাবু ঐনা য়োকচরকগনি। জনদা কয়িগুম্বা ওগায়না থঙহন্দুনা হায়জরুবা য়ামোইদ্রা, মহক ঐবু থাদোক্তুনা লৈবা ওমদে, বাখল থমমন্নুনা মাবু শাথীনা অমা-লোইহনবা পাম্বিত্রা, মহ ওইরবদি অদনা মাবু মমাহলগী মনাক্তা লৈজমনু হায়না য়াম

নীরঃক্লোইদ্রবে? হৈবা! অহুক কন্না মাঃথোকপিরবা—খঙজদে অহৌদি, ঐগী না তাবা ফাওবা তাখিধাজাং নত্তে!"

অসি হায়রগা সিদ্ধেশ্বরীনা মপুন্না'হৈবগী মখোঙ কন্না লে'প্লকই।

মিংকপ থোক্তুনা গিন্নীশনা হৌগংলক্লগা হায়রকই, "তৃপয়া য়াবোই।"

সিদ্ধেশ্বরীনা শাউনা হায়রকই, "করিগী য়াবোইদৌরি নো? মচ'নি হ'য়রুহনন্তু মচানুপাবু হাংদুক'কপা য়'বগী কে টকী হুকুম করিব্রু নৈতে। হয়েংনক ইনাও-য়াইমবু উকীলগী চিঠি থাহনখিগে হায়রবু করি হায়রগে?"

অসি হায়রগা সিদ্ধেশ্বরীনা পাউখুমগী আশাদা ঙাইহাক ঙাইহৌনা লৈবদা পাউথুম ওইনা মপুরোইবনা নাখোক্লকপা তাবদা শাউহনা হৌগংতুনা চংখ্রে।

অহিং চুপ্পা মথাক মমিং কক্লা অমা ফ'ওবা উইশিনবা য়ারমদে। করম্বা ক'লদা নোংডানগদগে, করম্বা মতমদা হরিশপু উকীলগী চিঠি ইহন্দুনা অঙাংগী দাবী তৌহনগদগে, চিঠি ফংবদা মখোয় কীরক্তুনা উপায় লৈতহনা ক'নাইগা পটলগা থিল্লকমি, অসিগুম্বা আশাগী মঙলান্দা তাউহনা মথাক অহিং চুপ্পা তুমদনা লেপ্লি।

নোঙাননফাংখ্রিদ্রৈঙদা মথাক্লা হরিশকী থে'ঙজিন ময়াদা চংলক্লগা খোঙ থিন্দুনা হায়রকই, "ইনাও-ইবু লেপ', হৌগংলব্রা?"

হরিশনা নুংশাথীহনা খোঙ হাংলুবদা চঙক্লখ্রে।

সিদ্ধেশ্বরীনা হায়রকই, "থিহ্নরগদি য়াররোই, হৌজিকমক ইনাও-অতোপগী মমিদা উকীলগী চিঠি ইখো, চৌকিদার থাহনা

শীহল্লুসি। মহাক্লা চেকশিন্না ইত্থনা থঙহনখিগদবনি মহৃদি, পুং কুমখরিগী মনু.দা প.উথুম পীরক্রবদি কেশ ভেরগনি হায়রা।"

হরিশপু হ'রম অসিদা মথরায় য়াউহনবা লায়মা থোকই। মহাক্লা খুদক্তা য়ারে, চরম শেং:দাক্লগা হ'নকই, "রাকন্থু করিনো হায়বিয়ু ভাসি ইতৈমা? ফম্বিয়ু ফম্বিয়ু— করি করি পুব্রবগে? দাবীহ্ থরমখৈ চেনগংনা হায়জিনবা কৈ। ভাব তা'বিরব্রা?"

সিদ্ধেশ্বরী ফমুংদা ফমথগ্রে, মমিং লাউংথাক্লুনা খাশী দাবীহ্ ভম্লকই।

র ফমহ্ ভাবদা হরিশকী লংথংলম্বা মাইথোংহ্ মুশিনগ্রে। হায়রকই, "ভাওরব্রা ইতৈমা? এমা হায়বদি, অতৈ করিগুম্বা থরা ওইরমগব্রা থন্দুননি। মখোয়গী মচা মখোয়না পুথিবদা ইতৈমনা কৈ:দৌরুবা য়াগদগে?"

সিদ্ধেশ্বরীনা থাজবা ওমগ্রে। হায়রকই, "নখোয়গী ভা:মানদি কেশ তৌরবদি মখোয় দগুি ফজনি হায়।"

হরিশনা হায়রকই, "তামোমা অহৃগুম্বা বা হায়রোই। ইতৈমনা লক্লুরিবনি।"

সিদ্ধেশ্বরীনা শাউহনা হায়রকই, "চহি অসুক য়াম্লবসিদা লক্লুবা কদায়বু কৌবগে হায়বা থঙলোইগ্রনে ইনাও-ইবুংঙো? মহাকী নপুক্লিংদা য়ানিংগদবা নত্তেদনা, মুপামচা অনিহ্ সিদা পুরকপা হায়বসি। মহ্ করিগী মথেক শেংনা কে'ক হেক হায়দোক্লিবনো?"

হৱিশনা ঈকাইহনা মতম অহন্না মওং কয়াদা খঙহন্নবা হোংনরকই মতুদি, দাবী অসি কেইনা লৌবিরোই। মহাগী শক্তকপুদি অতৈ কৰিনো দাবী-নুংবী অমা তন্দুনা মখোয়বু লাক্কবদি য়াগনি। ঐখোয়না হৌজিক মহুমক তোৎহৌবা চুম্বনি।

সিদ্ধেশ্বরী য়াম্না শাউহনা হোগংলক্লে, হায়রকই, "মখোযগী অচুমহু নখোয়গী ওইক্নো ইমাও-ইবুং ঙা; ঐগী পুন্সিগী শক্তক অতম হৌখিহনা অমত্তা মঙ ইৱে, হৌজিক মীবনা দাবী-নুংবী তোক্কবা ঙম্ররাই। লাইৱ মন্দদি ঐগী ইহুং শিন্দুনা নঙনা পাউখুম পীক্কবা যারোই। মহাক্না ইবিদ্রবসু ঐনা মণিবু নরেন-বাবুগী মনাক্তা থাহনা ইহন্নুগনি।"

অসি হায়রমগা মহাক হোগংতুনা চৎখ্রে!

মথংগী অয়ুক্তা কৰিমো থবক অনগী বাজার-খরচকী হিসাবকী মতাংদা সিদ্ধেশ্বরীগা মখোয়গী য়ুমদা থবক তৌবা গণেশ চক্রবর্ত্তীগা য়েংনরকই।

মুপাহনা মওং কয়াদা মহাক্না লৈরক্লিবা পোৎকী হিসাব অহু চুম্মী হায়না উংলকই।

হাঁ রম অসিদা য়ুমথুরেমখোঁদি মৌনা খোঙদারক্লিবনি। মহাক্না খনম্মী—মাবু অপাঙবীনি খন্দুনা ময়াম চৎহনা শেল হৈনখোক-লিবনি! মরম অহুমক্তা চক্রবর্ত্তীমসু হৱাল্লিবনি, মহুদা চিংমক্তনিংঙাই লৈতে।

মহাক্না য়েংতুনা হায়রকই, "লুপা য়াথৈ হায়বসি অচৌবা শেলফম অমনি গণেশ। ঐ লাইরিক হৈতে খঙলম্লোই হায়রুমা ঐঙোন্দসু তাকপিবকা শান্নবসে, লুপা অনি কেম্না খরচ তৌরে হায়রুনবু লুপা য়াথৈ-য়াথৈ কেক্না লোইশিনগদ্রা?"

গণেশনা মপুক্কিং [illegible] কুমা হায়রকই, "ইমা, ইবেম্মা কৌশিন-শিন্নগা —"

"নীলাম্বরী কৌহুনা হিসাব তাকহল্লগদবা? মামবু ঐঙোন্দগী কেন্না খঙগদ্রা? নত্তে গণেশ, অহুঙুম্বা রুহ অফবা মত্তে। হৈশলবা লৈত্রে চাষহুমা মখাহমা মনাং তেমা হিসাব উৎলবা শান্নি। মাম চংলমল্লবদি ঐ অসিগুম্বা ঝঞ্ঝট অসি কে মঙ্গলম-লোইদবনি। ঐকাই-মাইদবীহু চসি ভয়াদা গুরক্কদা মৌ ভইমা লৌখিকরুবসি, ইখাদা চাউরকপনি, হৌজিক মাঙুমনা ভমখংলক্লুনা ইচা অমিমক পুহুনা কোক চংপিরে। চংচখিসনু। ঐস্নু লেম্না থারোই। কানাই পটলহু কম্নিঙুম্বা লুসিঙ্গা খিকং মপা ভমদে তবদা খঙগনিদমা, য়েঙ্গে কমদৌনা ইচা অনিহু মনাক্তা থম্না ঙম্নগে হায়বা! ফার, হৌজিক্তি চংচরো— সুংখিসদা মিংশিং-লক্লবদি হায়রো লাও, লুপা অহুক য়াম্বহু কদায়দা করিনা শিজিন্নখিবগে হায়বা।"

অসি হায়রুমা মহাক্না গণেশপু থাদোকপিরে।

লুপা অহু বুদ্ধি চমম্নমা মপালদা থোকরে।

মৌ-মাইমনা চংলক্লগা হায়রকই, "হৈচে, হায়রবদি ঙমদে, অহুবু ঐস্নু য়ুম পুরক্লবসি, শেলগী থুমগী হিসাব-সুংশাব পুম্নমক

থগৎলবনি। মৌ-অতোম্বী লৈত্রে হায়রগা অসিগুম্বা মখাক্তা অসি কে'কথোংবা বিগদৌরিবা, অতুগা ঐনা কমদুনা য়েংদুনা লৈথোক্কদবা, মসি চুমদে। ঐহোন্দদি চাংলাক তৌদুনা হিসাব লাম্না উৎলননবা উপায় লৈরে'ই।"

সিদ্ধেশ্বরীনা হায়রকই, "মহুদি অফবা বানি মে'-য়াইমা। ঐগী অনাবা হকচাং অসিনা অসিগুম্বা ৱাং অসি থাংবা ঙমগদ্রবে! শৈলজা লৈবিংঙদদি শেলগী হিসাব তৌবা, খরচ তৌবা, বাকস্তা থাব — পুম্নমক মাগী থবক্নি। পুম্নমক অসি ঐনা অমুক ঙমগদ্রা? করম্বনি, হৌজিক্কী নঙনা পুম্নমক শিন্নো মে'-য়াইমা।"

অমসু হায়রগা উপুগী শোংদি অহুম ওইননা মশাগী ফিজিদা কিশিনখ্রে।

মুমিং কানি হৌখ্রে। নয়নতারা'না লৈশিং লিশিং শিজিন্নদুনসু য়োংকী উপুগী শোংদ মপাগী ফিজিনা পুংশিনবা ফংবদি অমুক ওইথোকখিদ্রে।

নয়নতারানা থেইদে'ক্না লৈ-শিংবীমি অমসুং লৌশিং চাউবনি, তুং লৌনা থল্লগা থবক তৌবা ঙম্মী। অদুবু মসিদা হাক্কী অচৌবা মথলগী অশোয়বা অমা লৈখ্রে মহুদি, স্বার্থগী মতাংদা অচম্বা মীওইগী মপুক্কুংদা চিংনবগী মওং অদুক্কুং শুন্দুনখ্রবদি মতাং চাবা মওং মতমদা মহুগী মচেং শংগদবনী মওংমকপু ফাওবা থাম্না থম্মী হায়বা।

সিদ্ধেশ্বরীনা য়েক্লববু চিংনবা ত্তমখিবা অহুৎত্তম্না ঐগী ওইবা মীদম্মু থাজবা মাংখি, মরম অহুনা মহাক্না মৌ-অতোপ্পীবু থাজবা দা খিবা মিংকুপ অহুমক্তদগী মৌ-য়াইমবুম্মু থাজদবা হৈখি।

# মাপাল

কৰিঙ্গুম্না অৱা-অমা অমগী মৰিদা—মহু ফমম্মু অক্লবা ওইসমু, মীওইবমা মতম চুপ্পদা মৈচক প্লহুনা লৈতে। শৈলজাগী কা অদোমদা সিদ্ধেশ্বরী মখে ও থাংবা হুম্লমদে, হৌজিক্তি মহাক মাঙ্গোলহু ল'য়না লাম্হে কপা ওয়ে—নিংবা ফাওবা নিংশংখিদ্রে। কানাইগা টৈলগগী পাউ লৌমনবা মথল মথলগী উপায় চিন-নবগী দনক মতম থুদিংমক্তা মহাক নুংশুক-নুংজ'নহুমা লৈরম্মী, হৌজিক অহুগুম্না লাংতক্লবহু তথ্বায় ময়েং তাগ্রে। মতৌ অম্মুম্না অৱা-নুংঙু'ইদা চঙি অমা হৌগ্রে।

মেংমা ইখঙ-খঙ্গহৌদনা সিদ্ধেশ্বরীগী মনাকোংদা হাপ্রে মহুদি, খুঙ্গগী সম্পত্তিগী মৰিদা ওসি খা তক্লক চুপ্পা মমাও মুপা অতেম্বগা মখোয়গা কেশ শেক্লরক্লি। কেশ অহুগী খো হৰিশ মশ'মক্লা পুরি। কেশতি চথরি, ফৌজদারী কেশ অমিম্মু চৈরক অসদা থোকখ্রে। পাউ তাবদা সিদ্ধেশ্বরী নুংশ-থীবনা মথল্লায় ৱাবুনা থম্মোয় ফুনখ্রে।

মপুরোইবগী মকমদগী চিংনরিবা ব ফমহূ মমুং তামা থগমনবগী খুদোংচাবা ফংলোই হগুহূনা মহ'ক সম্ব্যা মতমদা হরিশকী মনাক্রা ল'ক্লে। হাযরকই, "তারিবর্স কবিনো ইনাও-ইবুংঙো, ইমাও অতোম্বগা নখোয়গী তামোগা কেশ শোক্রুবিরা ?"

হরিশনা মথবাক ফমহূন হোৌনা নোক্রগা হায়রকই, "মহৈবুদি তৌবিবমি'ন ইতৈমা।"

সিদ্ধেশ্বরীনা মমাই মুত্তক মুশিন্না হায়রকই, "ঐদি থাজবা ওমদে ইনাও-ইবুংঙো'। হৌজিক নুমিৎকা থাগা পুম্ন থোকমিন-নবত্তবনি।"

ময়মতারা ফমুং মচি অমদা কমহূনা থৈঁদিবু তম্লি, থোংজেল পিক্লা হায়রকই, "মহূদি থেক্লগনিমে ইচে। অহুগা হনাও-মুপা অতোপা অসিমক্তদা লুপা লিশিং-লিশিং লনোংহন্নবা পীখিনি। মহূ পূম্নমক অহূ মতমহূদা মাংহনখিবা নত্তে, মাংহল্লিবদি হৌজিক্লি"

সিদ্ধেশ্বরীনা বাবগা তকপগা মান্নহূনা তাইহাক তুম্মিন্না নৈবগা হংলকই, "কেশ তৌনব্রিবা কপ্নগী না ?"

হরিশনা হায়রকই, "কবিগনো! হান্না উগ্রবনি, কেশ তৌনবা মত্তনা অত্তে প্লা উপায় লৈরোই হায়না। খুঙ্গ্গী সম্পত্তিহূ ঐখোয়গীনি। ঐখে য় চংলুবদা ঐখোয়গী মনি, হরি, বিপিন, থৈঁদিনা লেপলুনবা লম মচেৎ অমত্তা লৈরোই—খুঙ্গংগী মুমহূদা চংহন্নক্তবা ফাওবা য়াই। থমবিযুদো ইতৈমা, খুঙ্গংদা লৈবা পূম্নমক মানা দখল তৌশিন্দুনা লৈখ্রে। থাজনা-মুংজা থোমগংহূনা

ফমংদংহনা চাম্নি— পৈসা অমা ফাওবা পীরকপগী য়া লৈতে। লৈম্নিবা সম্পত্তি পুম্নমক্কু তঁমো মশামক্না শেমগৎচরমি, অদুম ওইনমক তাগে গী চিঠী পাউখুম অমা ফাওবা পীরক্তে—অদুক ত্তৌবিমগ খওদব র মশানি। ঐগ যুমহুদগী মাবু তঁস্থোক্লিবমখৈ পোথারোই হ য়রবসি ঐগী য়াশক্লি।”

সিদ্ধেশ্বরীনা চাইথাক অমুক তুম্মিন্না লৈরগা হঁয়রকই, “করে, মখোয় মচাশিংথগা কনাম্নদা চংকনগে?”

হরিশনা হায়রকই, “মহু থওপুংগী ঐখোয়গী দরকার লৈতে, ইতৈমা।”

সিদ্ধেশ্বরীনা হংলকই, “নখোয়গী তাগেম্না করি হায়ম্নিবগে?”

হরিশনা হায়রকই, “ত মেনা কম্নগুম্না অহুম্না মীশুক ওইরম্নবদি য়াক নিংঙই লৈতম্লোইদবনি ইতৈমা। মিংতা খুদোম্নীনা থিন্দুনা উইহল্লিবন, রমেশনা মাগী মরলনা শেং-চায়গা মরলম্না তাঙ্গা। সম্পত্তিদা মথুং খিং তম্নক্লবা মতমতুদদা মহাক্না মত পীরক্লিবনি। ফে নদারী কেশতা রমেশনা তামোমকপু ফানমবা হোংনল্লবনি। য়ম্না য়ামা হোংমতুম্না ঐনা মহু ককথংখিবনি।”

নয়নতারানা হায়রকই, “করে, ইনাও মুপাতুমক লাম্নসন্নু, অদুবু ঐনা খন্দুনদা লৈ রবদি.ম হচে, মে-অতে মীনা কমদোম্না মহুদা য়াউশিল্লিবনো মসিনি, ঐখোয় পুম্নমকপুদি মী ফত্তবা লোনম চাউবা ওইবা য়ই, অদুবু মাদি ইতৈহলবু মুম্না খঙলিবনি। মহাকপু জেল পীরগা মবু নুংঙাইবা য়াগদ্রা?”

সিদ্ধেশ্বরী খেওদগী তেম ফাওবা হম্না হম্না মতু হংলক্লে। মহাক অমুক য়া অমফাওবা ঙাংলমদনা মপালদা থোকখ্রে।

মকম অহুদগী লাক্কুমা সিদ্ধেশ্বরী মপুম্বোইবগী কদা চংলক্লে। গিরীশনা মহোশাগী মথোদা চিন্না লৈরম্মী। মমাইথোনখৎতুনা মাগী মুপীদা য়েংলুবমক্তদা মাগী মাইথোং কাহেন্না তাইকেং তাইবহ্ মহাক্না ফাওবা উরে। মথুত্তগী চেহ্ থম্লগা হায়রকই, "ঙসি কয়ম্বা মতমদগী অনাবা হোৌরকপগে?"

সিদ্ধেশ্বরীনা ব য়োবগী মওংদা হায়রকই, "মহুম্ভ ফক্তে, হংবিরক্লিবহ্।"

গিরীশনা তৌফম খঙদনা হায়রকই, "অওইনমক্লি। হংত্রগা কৈদৌবগে? নহালম্ভু মণিদা কৌশিন্দুম হায়খবনি, নমদা হিদাক-লাংথক পীথক্লিত্রা? অদুগা হৌজিককালগী অঙৎ পুম্নমক অস্থুম্না ঙাক ওইরবনিনে, মমা-মপা ফাওবা মি থিত্রে।"

সিদ্ধেশ্বরীনা শ উরংননা হায়রকই, "অহল ওইরক্লবা মতমসিদা ওইদবা বাহ্ অমুক ঙাংবিরনু, থাখায় অমা ফারে মণি মগী মনেখোয়গী আদা এল'হাবাদতা চংখিবা, অদুগা মডোন্দা মহাক হংবি'রব! কৈদৌঙৈদম্ভ তৌরক্তবা অহ্ ঙসি তৌ বগ দৌরিত্রা? মহ্ মন্তে, ঐ মহুগীদমক ল কপা মন্তে। ঐনা থঙনিংহনা লা'ক্লবদি থোদোক অসি ক'ম্বনো হায়বগীনি। ইনাও-মুপা অতোবগা কেশ তোনরিবা ক'ম্নগনো?"

গিরশনা য়াম্না ফিজংনা হায়রকই, "মাদি হুর'নবনি! হুয়ামবা। মাংহন-তাকহনবা মহাগী মীনি। সম্পত্তি পুম্নমক মাংহল্লবনি। মাবু তাদোক'খিত্রবদি মী ওইরম্লোই— পুম্নমক ছারখার শানা মাংহল্লম্লে!"

সিদ্ধেশ্বরীনা হংলকই, "ফারে মহুদি মাংহাল্লবে, অদুবু কেশ-মুংদি সুম হেক্তা শোক্লুবা য়াবা নত্তে, শেল তিং লাইদ্রা? ইনাও-মুপা অতোপ্পনা শেল কনায়দগী লৌক্লরিবনো?"

চৈরক অহুদা হরিশ কুমথরক্লুনা ভঙাংশিংগী লাইরিক ওয় ইফম কাবা লাকপদা মঙাক্পনা খোংজেল কন্না চাংলকপা ত হুনা তপ্না তপ্না চংলক্লে। মতাক্লা পাউথুম পীরকই, "শেলগী মাকপদি হৌরিক্ত মো-য়াইমমা হায়খিবহুনি ইক্তেনা। শক্লিক সপ্লাংগী মমিংনা তামোংগী মফমদগী লুপা লিশিং মরি লৌথোকখিবহুনি, মহু মথুক্তা লৈরিবনি, মহুদা মহুনা মো-অতোপ্পাগী মথুংমক্কদা অদুক কুইনা শেম পুম্নমক শিল্লরকখিবনি— থম্হুনা মোবিয়ুদনা!"

গিরীশনা অমুক ফিঙ্গংলক্লুনা হায়রকই, "এগী অইরবা পুম্নমক পুরবনি, কল্লিমত্তা লেমহোল্লবনি হরিশ! মামা এগী ইরল-ইরম পুম্নমক মাংহল্লবনি। ইরাই মুমিত্তা কোর্টতা লাক্লুনা হায়রে— য়ুম-কৈ মোরামত্ত তৌগা তারি, লুপা চামতা পীবু।"

হরিশ চঙক্লক্লে, হায়রকই, "হায়বিরিবহু করিনো? মথোনা থোইনা লৈত্ত-লাক্কদা নত্তেদনা।"

গিরীশনা হায়রকই, "মথোনা লৈ হায়বা নাই! তশেংনা শাংলবা লিস্ট— মফমহু লৌথোকপা তাই, মফমহুনা শেমজিনবা তাই; মসিমা হেংদোক্তবা য়াদ্রে, মহুনা তৌদবা য়ারোইদৌরি। তপ্নগী মহুদা মত্তে! ইমুংগী অরাং-অপা-চিংথমপাগী ফিরোল লৈদবা য়াদে— ফো বানশিলহোদবা য়াদে, আনু লৈশিল্লুনা

থগা তাদি— অসিগুম্বা মরম কয়া কয়া উংথুনা লুপা চাহুম দম্বকার ওই হায়।"

হরিশনা খা ঙমাবা অশাউবা করিগুম, মওং অমদা কাথরগা অম্মুম্নদা হায়রকই, "ঈকাউ-খঙবা! মতৌ মথাদি?"

গিরীশনা হায়রকই, "তংশংনা মহুমক্লি। মহা ওক্তবহু ঈকাউ-হাক্লোই মাইদে— গুপ্ত ই মাইদে। লুপা চানি লেহু লৌথ্রবদদা থাদোক্লম্মা।"

"পুথ্রবা? শীবিথ্রবা?"

গিরীশনা হায়রকই, "মহু মত্রবদু চংখো হাযবা মগসা? শেল কংলবদদা হোগং থ্রবনিবে!"

হরিশকী মমাই শিন-থুংনা অানবদদি মৈগী মচু ওস্রগা থংলনা মিংকুপমক্ত। তাইফেং তাইশিনরে। চপ থুংনা তাইহাক কমচুনা লৈরগা হায়রকই, "মহু ওইবাদি কেশ-থুং শোক্লক্লগী করি কান্নরিবগে তাদো?"

গিরীশনা খুদক্তা হায়রকই, "করিসু কান্নদে, করিসু কান্নদে। মশাগী ইথুংগী তার পুক্ষবা ঙদগী শক্ত অহু ফাওবা লৈতে— অহু থোনা য়ম্মা। অমুয়া তাই, ড্রাইংক্লমহু তংশংনা জ্বার শান্নফম শাতহুনা অহি-নুংথি। মইদনা তাস শান্নি, অহুগী থকপ-চাবা তোমাল্লে—খংলেদনা হরিশ!"

অসি হায়রগা মশাগী কাগীদা মশাবক পোমহুনা হো হো নোক্কুনা কাহু নিলহরকই।

হকিল থাংবা অমুক ওয়েক্রুহনা তুম্থিল্লা হোৎতুনা চৎখ্রে। মন্না ক্রক ক্রক চিক্কুনা শোল্লকই, “খঙ্লে, ঐ ইতোমদা মাইতোম তাহোৎরে হায়বা উরে।”

জান্নুয়ারী থাগী তারিখ কুম্থোইদা কেশকী মুমিং থোকই। তারিখ কুপ্পা গিরীশখোয়গী শাগেগী মচান্নুপী অমা লুহোংগদৌরি, মাগী মপানা লাক্কুনা গিরীশপু ফাবয়ে, “দাদা, নহাক লাক্কুনা ঐগা ইচান্নুপী লু হাংবিয়গদবনি, মসি ঐগী খ্বাইদগী পামজবনি। মোংমতংগী ওইরবস্থু খুঙ্গংদা শোয়দনা লাকপিদবা য়াদে।”

‘ওয়োই’ হায়বা বাহে অসি গিরীশনা মচিম থেক্না হায়দোক্কুবা উপায় লৈতে। মখাক্তা পুদক্তা য়াহুনা হায়রকই, “করিগী লাক্কনি ইমাও, শোয়দনা লাকনি।”

কন্যাগী মপা মপুক্লিং মক-লায়া হনখ্রে। অদুবু ‘শোয়দনা’ হায়বা অসিগী অশেংবা অর্থ মতমদুদা করি ওইরগদগে হায়বা অদুদি খ্বাইদগী হেন্না সিক্লেশ্বরীমা খঙই। মরম অদুনা য়াথোকপ্রবা য়াকপ অদু মপুরোইবনা কাউথোকপ্রবস্থু মাগী মুনীন্দি খঙ কাউদে।

তারিখ কুমগী অমুক্তা অতিয়া লিংখায়দুনা মখক্তা ননবন্দা গিরীশনা হায়রকই. “করি য়াসে হায়রিবদু! ওসিদি ঐ অম-পুরগী কেশ অদুগী—”

“মত্তে, মদু য়ারোই। চৎপিক্কদবা ওপায়া য়ারোই। উকীল ওইরকপদগী হৌনা য়ৌনবা তাংদুনদা লাক্লে—ওসিদি হায়জবা অমতং য়াখিয়ু। লাইয়ম্নেনগী অকৌবা থজিক্তা কাওবা লৈবিদত্রা ?”

গিরীশনা হৈনিংদনা হায়রকই, "লাইরাগ্লেন ? করিগী কাদদি —অতুবু—"

"নত্তে, মহ্ গুপয়া য়ারোই, চৎপিদবা য়াদে। চৎপিরোঃ"

মরম অসিনা গিরীশ মথুঙ্গংদা চৎপা তারে।

চৎলমদায়দা সিদ্ধেশ্বরীনা খোইদোক্না খোঞ্জেল পিক্না হায়রকই, "নুপ মচা অনিথু —" হায়বমক্তদা খঙহৌদনা ক্যাথারক্লে!

"ফরে, ফরে মতম তৌরগে," হায়রগা গিরীশ মপানদা হোকখ্রে।

অদুগ করি তৌগদৌরিবনো হায়রা মখোয় অনি কমানস্থ কঁরস্থ খঙদ্রে।

নয়নতারানা খোঞ্জেল ফাঙিনা সিদ্ধেশ্বরীবু মরুমদা কৌশিল্লগা হায়রকই, "আগী য়ুমথুদা করিমত্ চারক থক্তক্তনমবা ইতৈ-ইবুংগোদা থিংখিত্রবা করিগীনো?"

সিদ্ধেশ্বরীনা ঙককুনা হ য়রকই, "করিগীনো ?"

নয়নতারানা মচিন হৈ খোক্কুনা শুকথনা হ য়রকই, "করিদি ভগ্না ঙমগনি ইচে!"

সিদ্ধেশ্বরীগী মমিত্তগী মতম অদু ফাওবা য়াপী শিন্থুরি। কিঞ্জিনা তৈথোক্লগা ঙাইহাক তুম্মনা লৈরগা হায়রকই, "মতু নঙদি ঙমগনি মো-য়াইমা। শৈলজাগী মঙক ককথৎলবস্থ মহাক্না মতু ঙম্লোই।" হায়রম্লগা খোঙথাং য়াংনা চৎখ্রে।

কেশকী তারিখকী নোংম-নিনি মাঙৈনমা জিলাদা চৎননব-দমক রমেশ- মাগী কাদা থোরাং তৌরি। শৈলজা মফম

অহুদা লৈরে। মানা লাইশঙ-কাদা মশাগী পক্রিবা, লোইশিনখিবদগী লেমহৌরিবা সনা-মচেং অহু লৌথোক্লগা থুকউ লৈতানা ফমহুনা মঙক্লা মফি য়েংতুনা মথুং লোন্নহনা মপুক্লিংদা হায়জরি, 'হে ঈশ্বর, আইভ কন্নিসু লৈজবা নত্তে; ইন্দক্ত মওং অমদগু ওইরগসু ঐবু নিঙ্কতি( মুক্তি ) পীবিয়ো। ঐগী ইচাশিং চাদ-থক্তবনা শিগদোরে, ঐগী ইপুরোইবা! অবাবা রাখলমা শক্সদা উনশানা কুপ্লদা মঙাইরক্লে— "

"হাই কানাই—হাই পটল—"

শৈলজা চঙক্লখ্রে,—মসিদি মাগী মতৈহলগী খোল্লেলমি। থেঙমাওগী অাহাবদা য়েংলকই, মহাকমক ওইবা তাই। ভৌরবা শন, অনুবগা অভৌবগা য়ান্নবা কোই, ঈংলবা নুংশিরনা য়াম্না লেনা শক্তম অহুনি। মতম চুপ্লদা উরকখিবা অহুমক্লি। হকচাংগী কহিগুমা কয়াং অমত্তদা অহোংবা লৈত্তে। কানাই লাইরিক ঐরাইরবদগী হুন্দোক্তুনা চেলক্তুনা খুক্লন্নরে; পটল শান্নবা থাদোক্তুনা শোর থবেং থবেং হোন্দুনা চেন্নক্লে। মাবু মহাক্লা পামথংখ্রে।

রমেশনা ইহুংদগী মপানদা থোরক্লগা খুক্লমহুনা খুয়া-উফুল লৌরে।

গিরীশনা হায়রকই, "মতম অসিদা কদায়দা চংকদোরিবনো ?"

রমেশনা হৈনিদনা ময়েক শেংকাংতবা খোঞ্জলদা হায়রকই, "জিলাদা - "

গিরীশ মিংনা বুক্লদা মমিং-মমা ইরং লংখংলক্লে — "লমহেনবা, হাই লক্ষ্মী চেনদবা, নঙনা ঐগী ইংলনা শেং-চারগা

ঐশক্কা কেশ শোকুপদৌরিবা? নংঙোন্দা শেল শিকি অমগী সম্পত্তি ফাওবা পীরোই— চংখ্রো চংলো ঐগী য়ুমদগী, হে ভিকমক চংখ্রো চংলো - মিনিট অমা ফাওদা শম্বা য়ারোই—মফিভেং ভনিত্তনা পুখিবা য়ারোই!"

রমেশ রা ভাংদে, মমাই লোমখংতে, লুকচারমা অহুম থোকখ্রে। ময়াম্বু মহাক্কা ভক্তি কৈ জবা শম্ন নৌজবা অহুম্নমক মুন্না হংজে। অসিগুম্বা মীচৈদা থম্মোয়-সু দদি কবিম্বু লৈবা নত্তে হায়বা মপুং ফানা খঙজদবা মহাক মতম অহুগী ওইনা মচিন্ন মেনশিন্দুনা রপালদা থোকখ্রে।

মতম অহুদা শৈলজানা থাপ্না মহাক্কা মফি য়েংভুনা থুকন্নরে।

গিরীশনা আশীর্বাদ তৌরগা হায়রকই. "চংলকউ, চংলকউ, লুপীমচা চংশিন্নকউ।"

খোঙ্গেল অসিদা মৈশা থাউদে, ঈথক হৌদে— মনালদগী লাকপা ওনাওবা অমত্তনা হায়রবা ওন্নোই মহুম্নি, মুপা ভুকিনক্কা তিংকুপমুক্কী মমাংদা মওং অহুম্না লাউ-খোংথি হায়বা।

গিরীশকী মমিত্তা কবিত্তবা মুমিত্তন্দু কবিমত্তা উথুদে; অহুবু ঙসিদি কম্নদোনুনো খঙদ্রে, রহাক্কী মিংয়েংগী শুক্তি অঙকপা ফনা মপুং ফাখ্রে। শৈলজাদা য়েংহুনা হায়রকই, "নঙগী মপাদা লিক কোল অমত্তা উত্রবসি কমিন্নিনো মৌ-মচা?"

শৈলজা মক্ক লুকচারনা চপ য়ুংনা লৈ।

গিরীশকী মমিত্তা অমুক পর্দা মথুং মথং হাইদোরক্লে.— "লমহৈনবা লমহুই অহুবা য়োন্দুমা চাখোকখ্রেসি। ভিক-কোলহু

কাগীনো? ঐনীনি। মান ঐবু ত্রেন পীবিত্রিবমথৈ তোকে হায়রে ইনৌবি—" অসিনচিংবা অসিনচিংবা।

তারিখ কুন্নিথোক্তগী কেশ সুমিংকী মুংথিলদা হরিশ মমাই কাহৎনা হুগগী কোর্টতগী মযুমদা হল্লক্লে অমম্ম্ং মফম মাল হোংদোক্লমা ফমুংদা হিপথরে।

মহনত রানা শেহো শেহো তোনা রাহং লিশিং হংলকই; পাউ ফংহনা সিদ্ধেশ্বরীস্থ চেল্লক্লে। অহবু হরিশ মমাই ওক্তোক্লনা তু স্মন। লে, কন মস্থ গগী মচিন্দগী পাউধুম অমা কাওবা হায়দোকহনবা ভমদ্রে।

কেশ মাইথীরে হায়বদা চিংনমিত্তাই লৈত্রে,— মৌ অমিনা হম্মা হম্মা হঙহল্লকই— "কেশতা মাইপাকপা মাইথীবা হায়বসি হৌনশানি - মহুৎীস্থ মথক্ত হৌঙ্খিকস্থ হাই.কোর্ট হায়বমা লৈরি, সুপ্রিম কোর্টতা আপীল তৌবস্থ য়াই— মরক অসিদা অহু য়োমা নিংবা কায়ক্লমিংঙই মরম করিস্থ লৈতে।"

অহবু ওক্লীদি অসিনি মহুনি, নুপী অমি অসিগীদি আশা লৈরি, মশানস্থ উকীল ওইরগা হরিশনদি আশাগী মমি মচেৎ অমত্তস্থ উদ্রে।

সিদ্ধেশ্বরীনা অরুক থাংকল্লক্লহনা হরিশকী মখুৎ পায়হনা হায়রকই, "ইনাও-ইবুংঙো, ঐনা হায়রিবসিনি, মখোয় মাইথীরোই। শেল অচংবমথৈ ঐনা পুংহাকনি, নহাক হাইকোর্টতা চৎলু। ঐমা আশীর্ব্বাদ তৌরবসিনি নঙমা শোয়দনমক মাই াকনি।"

হৌজিক্তা হরিশনা মচিন কাংহনা মঙক হাইহনা হায়রকই, "নত্তে ইতৈমা, মহুগী উপায় অরুক লৈত্রে— পুম্নমক শোইত্রে।

হাইকোর্টপু হায়রবস্তু, অদুগা সুপ্রিম কোর্টপু হায়রবস্তু কদায়দসু করিগুম্বা লম্বী অমত্তা লৈত্রে। সম্পত্তি পুম্নমক তামোগী মমিংদা লৈখিবনি। নুংশাংবা চংশদ মহক্কু লোইনমক মো-অতোপ্পীগী মমিংদা দানপত্র ইদুনা পীথে ক্লম্লে। রেজিস্ট্রি ফাওবা লোইহ্রে। খুদংদা মাই ওন্নুনবা লম্বী অমুক লৈত্রে।”

মো অনি ময়েক্লনা নুংগী মুত্তুম ফমদুনা লৈম্রে।

সন্ধ্যা মতুংদা গিরীশ কোর্টতগী হলক্লদা থোকখিবা লাঞ্জাও অদু তশদা উম্বা নত্তে। অক-ফত্তা জ্ঞান মাউদবা অত্তাংবা হায়দুনা উংবদা কান্সু নাইহন্নখিদ্রে।

অদুবু গিরীশনা ময়মগী মফমদা হন্না হন্না খঙহন্নরা হোংলক্রকই মদুদি, মসি নত্তনা অতোপ্পা করিগুম্বা লম্বী অমত্তা উখিদ্রে। লংহেনবা মীরেমদু মহা ডাবুনি, মো-অতোপ্পীগী মরিক-মকোলশিংদু কায় কায়দুনা চাথোকঞ্জ্রা, থরগা থিন্থরম্লবদি য়ুমগী চেক-নুং ফাওগা ফক্লগা! চাংমগনি - খুঙ্গংগী য়ুমগী মমি ফাওবা মুংলম্লগদবনি। মহাক্তা মাইকৈ খুদিংমক মুন্না থল্লগা নুপপ্পগদবা শাগৈবু মুক্তি (নিষ্কৃতি) পীরগনি!

তপ্পগী সিদ্ধেশ্বরীদি তশেংনা চপ যুংনা ফমদুনা লৈ। অফ-ফত্তা করিগুম্বা য়া অমত্তা উপায়দগী তাংলক্তে।

ময়াম চংলক্লবা মতুংদা মহাক হৌগৎলুনা চশিল্লকুনা মপুম্বোইবগী মমাংদা লেপ্লম্মে। নুমিং অনিদুদা মতম অদু ফাওবা পী ঈরা চেন্নি; মখোঙ অনিদা মরাদুবক থল্লবা খুরা-উকুল

লৌহুনা মকোক্তা হাপকংলগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "ঙসি মহাক্না ঐবু ঙাকপিয়ু। মঙোন্দা মাগী মাগী মচিন্দা থোরকপা ঙাংহুনা চৈরম্লগা চংশ্রে হায়রদি য়াই, অহুবু মহাক্তি মখোয় খ্বাইদগী হেন্না য়াংই, য়াফম অসি ঙসি ঐনা খঙজরিবা অস্মুম্না কম্বিঙুবা সুমিত্তম্ খঙলুবা ঙমখিদে।"

গিরীশনা য়াম্না হরাওহুনা মঙক হন্না হন্না নোমহুনা হায়রকই, "উরেদনা মো অহল, ঐগী মিংয়েং মাইকৈ থুংনা লৈ হ য়ম্বা! য়ামশ ঙরাদগী অঙাংমি, মাম্না ঐগী মিংতা উকুল চাইশিন্দুনা ঐমা অহুক য়ানা শেমগংচবা সম্পত্তি মাংহনবা ঙমগদবা! অসিগুম্না লৌশিং অমনা পূমশিল্লম্লবনি মহুদি, মফম অহুদদি শকহেমবহুগী চালাক অমুক চংল-লাকলুবা ঙম্লোই।"

অসি হায়রগা কনানা খঙগনি মশাগী করম্বা নোক্লিং-য়াদনো মহাক্না হো হো নোক্লুনা কাহু পোকখায়গদবমখৈ মিল্লক্লে।

লোইরবা



## শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী
### এলং রঘুমণি শর্ম্মনা
### মণিপুরীদা হন্দোকচবা লাইরিকশিং—

১। স্বামী
২। দেনা-পাওনা
৩। দর্প-চুর্ণ
৪। আসার-অশার
৫। খাজগ্রবী (দত্তা)
৬। শেষের পরিচয়
৭। অনৌবা লুহাল (নব বিধান)
৮। অরাইবা রাহ (শেষ-প্রশ্ন)
৯। অনুপমার প্রেম
১০। পথ-নির্দেশ
১১। আঁধারে আলো
১২। আলো ও ছায়া
১৩। ছবি
১৪। বিচার
১৫। বিলাসী
১৬। বোঝা
১৭। পথের দাবী
১৮। রামের সুমতি
১৯। বিন্দুর ছেলে
২০। হরিলক্ষ্মী
২১। সতী
২২। খুল-খুনাই (পল্লী-সমাজ)
২৩। পরেশ
২৪। বৈকুণ্ঠের উইল